# প্রেসিডেন্ট কেনেডি



শ্রীআবীর সিংহ

# প্রেসিডেণ্ট কেনেডি

ইজবা

আবীর সিংহ

ফংঘম

দিঃ ওঃ কেঃ ষ্টোর

ইম্ফাল

মমল লুপা ২'৫০

# ৱাহৌদোক

ইউনাইটেদ ষ্টেট অফ আমেরিকাগী কুন্থ্রমঙা শুবা প্রেসিডেন্ট, চহি নৌনা পৃথিবীগী মনুংদা চাউখৎলবা লৈবাক্তা প্রেসিডেন্ট ওইখিবা কেনেডিনি। প্রেসিডেন্ট ইব্রাহিম লিংকোন, মহাত্মা গান্ধী অমসুং কেনেডি লৈবাক্কী সেবাদা মোংথৈ শুনিদা থবায় কৎখিবা লূচিংবা নেতা ভাক্তনি। প্রেসিডেন্ট কেনেডিগী পুন্সিগী ৱারিদা ঐখোয়না থৌনাদা, মরৈবাক লিংবদা, জাতি, বিজাতি থাইদবদা, মহৈ মশিং তম্বদা, লৈবাক প্রজানা য়ানবা হোৎনবদা, মীনুংশি খঙবদা পৃথিবীবু সান্তি পুরক্নবা হোৎবদা তমজফম য়াম্না লৈ। মহাক্কী পুন্সিগী ৱারিসি মণিপুরী লোন্দা ইথোক্নুনা ছাত্রশিংনা পারগা পোনা ফবা মরৈবাক নুংশিবা ওইগনরা হায়রদুনা বেঙ্গলি অমসুং ইংরেজগী লাইরিক কযা পাজরগা সমলপ্না ইথোকচবনি। অহৈ অশিং শিংনা ঐগী মচা অসি পাবিরগা অচৌবা লাইরিক অমা ইনিংলক্নবা ইজবনি। ইতি

আবীর্ন্ন সিং

২০।১০।৬৭

# প্রেসিডেণ্ট কেনিডি

## পুন্সিগী পাঙথোক্কে নিংবা থবক

পৃথিবীগী অমিশুবা লানজাওদা শোক ১৯৪৩ গী আগষ্টকী তাং ২ গী মমলবা, নোং সুংশিৎ তৌরবা অহিং অমদা আমেরিকাগী পেট্রোল টোরর্পেডো অমা সাউথ পেসিফিক্তা লৈরমই। হায়রিবা হি মচা অসি পি টি ১০৯ নি। মাগী মহা ওইরিবা কেপটেন অদু মপুক্লিং লাংতক্লরমই অমসুং মথৱাই ৱারমই। মাগী অফিসার অনিগা নিপা তরাগা জাপানগী জাহাজ অমক্তং হেক উবগা থুগাইনবা শেম শাদুনা লৈরমই জাপানগী লানগী জাহাজশিং-দুনা মখোয়বুসু কোইথি থিরি হায়বসি মখোয়না খঙলমই। মরমসিনা মখোয়না মখোয়গী হি অদু মখোল য়াম্না থোক্তনবা ইনজিন অমত্তনা থোরমই অমসুং তুমিন্না য়েংলমই।

মখোয়না লৈরিবা অদুদগী মাইল অমরোম লাপ্না জাপানগী ডিসট্রোইয়ার "আমাগিরি" হায়বদু লৈরমই। কামান্দার অদুনা জাহাজগী ফমপাক মথক্তা অরাংবা য়েংনবা মফম অদুদগী অকোয়বা সমুদ্র অদুদা করি করি লৈবগে হায়দুনা য়েংলমই। নোংয়াই মতুং খরা হেন্দোকপগী অদুৱাইদা শুক্রা মমলবা অহিংদা মাইল মথাই অমরোম চংখৎনা আমেরিকাগী পিঃ টি বোট অদু উরমই

অমসুং থুনমক মদু থুগাইনবা ডিসট্রোয়ার অদু থৌজিন্নবা হুকুম তৌখি। পিঃ টি বোটগী কেপটেন অদুগী মতম লৈরমক্তে—নোংমৈ তোপগী গুলি অমা ফাওবা কাপ্পা নংদে অমসুং মাগী বোট অদু ইঞ্জিন অনিশুনা থোদুনা চেনথোকপা নংখিদে, থুনমক জাপানগী ডিসট্রোইয়ার অদু হোৎচিলক্তুনা পেট্রোল বোট অদু চপচানা ময়াইদা অনিথোক্না থুগাইখ্রে।

থুদক্তা মী অনি হাৎলে; অতৈমা ঈশিংদা মখ্বাই হিংনবা হোৎনরি। আমেরিকাগী কেপটেন অদু মোংথক্তা পাইথৎলমই অদুগা মখ্বাং তেকপা য়াবা বোট অদুগী ফমপাক্তা ডুপ্ লাওনা তারমই। চি তংখাই অদু অচাকপা পেট্রোলদগী মৈ হোত্নবা মৈরি থোক্না চাক্লমই অমসুং চহি ২৬ তা ডাইরিবা কেপটেন অদুনা মপুক্তা খল্লমই, "শিবা হায়বদু অসি ওইরে!"

তৌইগুম্বসুং অসুক থোনা যবা নিপা অসিদি অসুক থুনা শিবা য়াদে—ঈশ্বরনা মাগীদমক অতোপ্পা থৌশিল অমা লাওলি। অচাকপা পেট্রোল থাওদগী শন্দোরকপা মৈরি মরক্তা ঈশিংদা লাক্ররিবা মাগী মীশিংদু মথৱাই কন্নবা হোৎনবনা মাগী অহানবা থবক ওইরমত। চহি কয়াগী মতুংদা মানা শিবা য়াবা লানফম কয়াদা মাইরোং য়ারমই অমসুং মাগী য়াংলেন শরু অদু শোক্না শোক্না মাই পাকলমই। মমৈথংদা মানা আমেরিকা জাতিবু পৃথিবীগী ওইবা হীরম কয়াদা লমজিংলমই অমসুং মীওইবা জাতিবু নিউক্লিয়ার খুৎলাই শিজিন্নদুনা মাঙহনগে তৌবদগী কল্লমই।

মহাকসু তাইবং মীগী নীংতম্বা অমসুং অধিকার ফংনবগী লানফমদা অচৌবা লানথেংনবা মীশিংগী মরক্তা অমা ওইনা ইতিহাসতা মমিং লৈরগদবনি। অব্রাহাম লিংকন্ অমসুং মহাত্মা গান্ধীগী লেংগাদা মাবু মফম অমা ফংফম থোকই। মহাকপু আমেরিকাগী অচৌবা প্রেসিডেন্টশিংগী মরক্তা অমনি হায়না নিংশিংনগনি। অসিগী মথক্তা পৃথিবীগী ময়াম্না নুংশিনরবা লুচিংবা কয়াগী মরক্তা মহাকসু অমনি। মাগী মমিংদি করিনো? মহাক্তি য়ুনাইটেদ ষ্টেস অফ আমেরিকাগী ৩৫ শুবা প্রেসিডেন্টনি। মাগী মমিং জোহন ফিটজরোলদ কেনিডি কৌই। মহাক্না শোক ১৯৬৩ গী নভেম্বর তাং ২২, ঈরাই নুমিৎতা তাইবং মীগী কান্নবা হোৎ-নবদা শিথি।

## পুন্সিগী অহানবা শরুক স্কুল অমসুং কোলেজ তম্বা

মেসাচুসেতসকী মনুংদা লৈবা বোস্তনগী চিদাইদা লৈবা ব্রুকলিন হায়বা মফম অদুদা জোহন ফিটজরোলড কেনিডি পোকলমই। মোংচুপলোমগী লৈবাকশিংদা জোহন কোবা মীসি মচোশানা অশম্বা ওইনা জেক কৌই। মাবু পোকপা জোশেপ পিঃ কেনিডি হায়বাসি কারবার তৌবা ঈনাক খুনবা নিপা অমনি। বোস্তনগী মেয়র জোহন ফিটজরোলডগী মচা নুপী রোজবু মান্না লুহোংখি। মখোয়গী অহানবা পোকপা মচা নিপাদি জোউ কৌই। চহি অনি লৈরগা শোক ১৯১৭ কী মেগী তাং ২৯ দা জেক পোক্লমই।

জেক্না চহি ৬ শুবা কান্দা মাগী মপুবোক ফিউজনা মেসা-চুসেতসকী গোভর্ণর ওইনিংলমই  মানা পিক্লিবা জেককী মরমদা রা ভাংডুনা রাজনীতিগী মরমদা বক্তৃতা পীবা তমলমই। মখোয়না মোংমাইজিং খুদিংগী মুংথিলদা জেককী অতোপ্পা মপুবোক পেট্রিক কেনিডিগীদা চৎলমই।

জেক্না শোক ১৯৩০ ফাওবদি মাগী য়ুম মনাক্তা লৈবা রিভর ডেল কান্ট্রি স্কুলদা তমলমই। মতম অসিদা মাগী ইমুংদা নিপামচা অহুম মুপিমচা মঙা লৈরমই। জেক নহা ওইরি-ভৈদা মাগী ময়াম্বা, মনাও অমসুং মচন মুপীশিংনা মুংঙাইনা মতম লেল্লমই। মহাক থরদি শাওগল্লমই অমসুং য়াম্না তোয়না ময়াম্বা জোউগা য়ৈনরমই। মশাপায় অদুগা শোনবন মানা অয়াম্বদা মঙোন্দগী চেন্না চাউবা অমসুং কনবা ময়াম্বগী মথুৎতা মায়থিরমই। তোইগুম্বসুং মখোয় অনিসি য়াম্নদি মুংশিনরমই। খৎনবা হেক লোইবগা চান্নরমই অমসুং শান্নবা চৎমিন্নরমই।

চহি তরাহুমদোইদা জেক্না অহানবা ওইনা ময়ুম থাদোক-তুনা বোর্ডিং স্কুল অমদা তমলমই। অহানবদা মানা ময়ুম চৎনিং-বগী অরাবা অমা ওইরমই—অদুবু থুনমক স্কুলগী শান্ন-খোৎনবদা থরাই য়াওশিন্দুনা ময়ুম চৎনিংবগী রাখলত্রু কোকখি। মানা মুমিৎ খুদিংগী লমজেল চেনবা তমলমই অমসুং মমৈথংদা সেকেণ্ড ১১ দা গজ ১০০ চেনবা তমলমই। স্কুলগী শান্নবা তম্বীবা ওঝানা মাবু ফুটবল টিমদা য়াওবদা থর শোনমল্লি হায়রমই। মরমসিনা মানা স্কুলগী খ্বাইদগী ফবা ঈরোইবা মী ওইগে থনখিরমই

অমসুং থুনমক সেকেণ্ড ৩০ দা গজ ৫০ লোইবা ঙমলমই। মাগী ঈরোইবা হৈবগী শক্তি অসিনা তুংদা মানা নেভিদা চংলবা কান্দা শোক ১৯৪৩ দা পিঃ টি বোট কায়বদা মথৱাই কল্লমই।

মাগী ময়াম্বা জোউদি শান্না-খোৎনবদসু, লাইরিক্কসু মভোন্দগী কেন্না ফরমই অমসুং মাদি ময়াম্বাদোনা ফবা ঙমলমদে। মাগী অথাবসি বনান্ অমসুং লেটিনদি। তৌইগুম্বসুং ইতিহাসকী থৌদোক্তি ফজনা নিংশিংবা ঙমলমই। মানা লাইরিক লাইশুদা কন্না হোৎনবদগী মাগী রিপোর্ট কার্ডতা অসুন্না হাইরমই—জেক মসিদগী য়াম্না হেন্না ফনিঙাই লৈরি। বাইওলোজি অমসুং কেমিস্ত্রি অসি য়াম্না হৈনদে হায়দুনা মানা ময়ুমদা চিঠি ইবদা হায়রমই। মাগী শোৎথবা পূম্নমক অসিগী হায়শিন্নবা বা কয়া মমাদা হায়রমই, তৌইগুম্বসুং মপাদি মাগী তাং অদুদা য়ারমদে। হায়রিবা পূম্ন-মকসি অচুম্বা মরম নত্তে হায়শিন্নবনি হায়বসি মপানা খঙলমই। মরম অসিনা জেক্কা চিঠি ইরমই।

## জেক্কা মপাদগী চিঠি অমা ফংলে।

ৱাশিংটন্দা গভর্ণমেন্টকী অরুবা থবক অমা তৌদুনা মাগী মপা থবক য়াম্না চিল্লমই, অদুবু মানা মতম কাইথোক্তুনা মচাদা অশাংবা চিঠি অমা ইবিরমই। মপানা অসুন্না হায় :—"নংগী পাড়াদা শোৎথবা অসিদা ঐ য়াম্না নুংঙাইত্রে হায়নসি নং খঙলে। মমাং-ঙৈদসু মসিগী মরমদা অমুক ইথ্রবনি। মসি হন্না হন্না হায়দুনা ঐনা নংগী নরান্ থিরিবনি হায়বসি নংবু খলহন্নিংদে। অদুম

ওইনমক হৌজিক স্কুলদা চাউথৎত্রবদি তুংগী পুন্সিদা চাউখৎপা ভুমলোই হায়বসি ঐনা মংবু ভাব তাহন্নিংই। ঐখোয়না ইকুং-তত্তুনা য়ুমদা হায়বদু মংনা নিংশিংলম্বা য়াই—মতুদি ঐখোয়না হেক তৌবা খুদিংমক ঐখোয়না ভুম্বমখৈ ফনা তৌগনি। মংদি মসি তৌদ্রে হায়বসি তশেংনা য়াগনি। অফাওবা কান্নবা য়াম্না অমা ওইনা তোঙান তোঙানবা মী খুদিংমক্কী থবক তৌবা ভুম্বগী শক্তি তোঙান তোঙান লৈ হায়বসি ঐ খঙই। ঐ হৌজিক মংনা ওইরিবা ফিভম অসিদগী চাউখৎনিঙ্গাই লম লৈরি হায়বসি খঙই। ঐনা মংবু খ্বাইদগী ফবা স্কুল অমদা তমহল্লে, অতুগা মতুগী মতেংস্তু মংনা লৌদে—অসিগী মথক্তা ঈশ্বরনা নঙোন্দা পীবা বুদ্ধিদুস্তু মংনা লোইনা শিজিন্নদ্রে। অসি পূম্নমকসি অপঙবা নত্রা, জেক?"

## মানা থবক কন্না তৌরগে হায়না মপুক্তা লেপ্লে।

জেক অশিংবা অঙাংনি। মপানা মাবু চৈরিবসি চুমই খল্লমই। মাগী অরোইবা চহিদা মপাদা অসুম্না ইরমই—"ঐগী চান্নরবা মরুও বিলিডভ্জগা ঐখোয় অনি ঐখোয়গী স্কুল রেকোর্ডতা ফত্রিবা অসিগী মরমদা য়াম্না ভাঙনরে অমসুং অমুক হুন্না অপঙবগী থবকসি তৌদবা হায়না লেপ্নরে হন্দকী অরোইবা চহিস্নি ঐগী য়াম্না মরু ওইবনি হায়বসি ঐ ভাব তারে, বাবা। ঐনা অশেংবা থবক করি করি তৌরবগে হায়বগী মরমদা ঐ ইশা ইথস্তবু নমথাক তৌজরে।" মাগী মপাসি চুম্না মচাবু খুংশিরম্না

নতুনা হৈশিংবা সাইকোলোজিস্ত অমসুং ওইরমই। চৈবদগীদি থাগৎপনা হেন্না কান্নে হায়বসি মানা খঙলমই। মানা জেকপু মান্না পুকচেল শেংবা অমসুং থবক ফগৎনবা। হোৎনগে নিংবা অদুগীদমক থাগৎলমই। জেকী খুৎই ফজবা হেনগৎলকপদা মানা হন্নাওরমই অমসুং য়াম্না থুনা ক্লাশকী মকোক ওইরক্কনি হায়না আশা তৌরমই।

জেক্না স্কুলগী বিষয় খরদা শোৎগরবসু ইতিহাসকী অমসুং পৃথিবীগী হৌজিক হৌজিকী হিরমদা থরাক্ত য়াওরমই। জেক্না নিউয়োর্ক টাইমজ হায়বা পাও-চেত্রু লৌরমই অমসুং মুন্না পারমই। মাগা তমমিন্নবা মমান্নবা অমনা অসুম্না হায়রমই—"জেক্কি পাও-চে লৈরগা শান্নবা অমসুং ফাগিগী মতাং পাদে। মাদি জাতিগী ওইবা অমসুং পৃথিবী জাতি পুম্নমক্কী ওইবা হিরমদা নৈনরমই।"

শোক ১৯৩৫ দা মাগী হাইস্কুল তম্বা লোইরে। মানা য়াম্না ফগৎলমই অদুবু ছাত্র ১১২ গী মনুংদা ৬৪ শুবদগী হেন্না কাখৎপা ঙমলমদে। অদুম ওইনমক মহাকসি বুদ্ধি লৈবা, হৈশিংবা অমসুং অখাঙ কনবা মী অমা ওইবনা তুংদা চাউখৎলক্কনি হায়না মমান্নব-শিংনা হায়রমই। মরমসিনা মখোয়না মাবু তুংগী পুন্সিদা চাউখৎপদ্দা থ্বাইদগী নক্না লৈবা মীনি হায়না ভোট পীরমই।

জেক হৌজিক চহি ১৮ শুরবা, মশা পাগা, যাংবা হৈশিংবা অমসুং অঙাং ওইরিঙৈগী ফজরিবা মী অমা ওইরকলে। মানা টেনিস, গোলফ অমসুং য়োট (Yacht) পামলমই। মহাকসি থম্নদি শাওগল্লি, অদুবু বা ভাংবদা মবুক্তি শেংই। মী খুদিংনা

মাবু মুংশি মরমদি মানা কদৌডৈদসু মী অমতবু ফত্তবগী লমম থুম্বগী থাখল তৌরমদে। মানা শাওরিডৈদা ভাংবা বা অদু থুনা কাওথোকই অমসুং মদু মানা লাল্লে হেক্তা হায়। মী পুম্নমক থুনা মাগা অমুক মরুপ ওই অমসুং মুংশিনে। মানা মাগী শাও-গনবা পূকচেল অসি লাকশিন্দুনা শাওনিংলবসু তপ্পা ইংনা ভাংনবা হোৎনবসি চহি কয়া চংখি অমসুং অবাবা কয়া থাংখি।

## ইংলণ্ডগী খোংচৎ।

মাগী মপানা জেকসু কোলেজ চংদ্রিডৈদা ইংলণ্ডদা চৎহল্লিং-লমই অমসুং মতম খরা পৃথিবী ফাওরবা প্রোফেসার হেরোলড লাসকীগী মখাদা লণ্ডন স্কুলজ ওফ ইকোনোমিক্সত তমহল্লিংলমই। মদু শোক ১৯৩৫-নি অমসুং মতম অদু ব্রিটিশ সম্রাটজ্য অসি পৃথিবী শিনথুংনা শন্দোকলমই। মরম অসিনা মানা লণ্ডন্দা অচৌবা সম্রাটজ্য অসিগী অত্তোপ অতোপ্পা মখলগী মী হায়বদি পণ্ডিত অমসুং অফাওবা লাইরিক লেংবা মীনচিংবা উনরমই। অদুবু লাইবক থিবনা মহাক জোনডিসনা নায়ে অমসুং থুনা লণ্ডন স্কুল থাদোক্তুনা আমেরিকা চৎপা তাখিরমই।

মানা নাবা ফরবা কান্দা ঈমুংগী মীশিংনা মাবু হার্ভার্ড য়ুনিভার্সিটিদা তমহল্লিংলমই। মরমদি ময়াম্বা জোউসু মপাসু অসিদা তমখি। তৌইগুম্বসুং জেক্তা মাগী মরুপ বিলিংজগা লোইননা প্রিন্সটন য়ুনিভার্সিটিদা তমনিংলমই। জেক্তা অসুম্না হায়রমই:—"এখোয় অনি পুন্না থবক তৌমিন্নদুনা স্কুলগী অয়োইবা চহিদসু ফজনা তৌখি। কোলেজদসু এখোয় অনি

পুন্না তৌমিন্নরবদি ফজনা থবক পাংথোক্নবি হায়বসি এন্না মুন্না খঙই।"

থা অনিরোমদি করিস্তু অকায়বা লৈতনা চংথরমই—অদুদগী অমুক মহাক জোনডিসনা অমুক নায়ে। ডাক্তরনা মাবু কুইনা ছুটি লৌদুনা মশা ফগৎহল্লু হায়রে। মরমসিনা মানা অশাংবা ছুটি লৌদুনা পোথ্নাবিংবগীদমক এরিজোনা হাম্নবা মফমদুদা চংখিরমই। অদুগী মতুংদ শোক ১৯৩৬ কী সেপ্টেম্বর থাদা মাগী পোক্কফম ব্রুকলিন্দা হনখিরমই। মতাংসিদা মমাংবেব্রা থোকখিবা থোদোক কয়া নিংশিংনিঙাই ওই। চহি তরাগী মমাংদা কেনিডিগী ইমুংসি বোস্টন থাদোক্লুনা নিউয়োক সহরগী চিন্নাকথা লৈবা ব্রোঙকসভিল হায়বা মফমদুদ লৈরমই। শোক ১৯২৯ দা মপুবোক কেনিডি শিখি, অদুগা মপুবোক ফিটজজি হিংলমই অমস্তুং রাজনীতিদা থবক কন্না তৌরমই। অদুম ওইনমক মান্না জেকপু রাজনীতিগী ভাষণ পীবা তম্বদা ভাবক ওইনা শিজিন্ন-রমদে। জোউগা চহি ১৯ শুরবা জেক্কা পুদুনা বোল শান্নবা য়েংবা চৎলমই।

কোলেজ ছুটি হাংলবা কান্দা জাউদি মাগী কোর্স লোইনবা হার্ভাডতা চংখিরমই। মতমসিদা জেকতি চহি অমা মাংলে অমস্তুং মাগী মরুপ বিলিংজনা মঙোন্দগী চহি অমা হাল্লমই। মরমসিনা মানা জোউগা লোইননা হার্ভাডতা চংখিবদা মাগী ইমুংনা রাল্লা হরাওখি। মফমসিদা জেক্কা ময়াম্বগী মতৌগুম্না কন্না হোৎনদুনা য়ুনিভার্সিটি ফুটবোল টিমগী মকোক ওইগে থল্লমই।

স্কুলদা মাইথিবগুম্না অসিদস্থু জেক্কা নিঙবা কায়ররমই। বোস্তগী ওজানা মাবু মশা লুম্বা বাংলি সিনিয়ার টিম য়াওবা য়ারোই হায়বীরমই।

## জেক্কা য়াংলেন শরু শোকপদা থোশারমদে।

জেক নিংবা কায়ররস্থ থৌনাদি তল্লমদে। মানা সিনিয়ার টিমদা করম্না য়াওবা য়াগদগে হায়বসি থল্লমই। জুনিয়ার টিমদা কিগন্দবা অমস্তুং থৌনাফবা প্লেয়ার অমা ওইমা মমিং চৎনবা তোংমখি। অস্তুম তৌনা সিনিয়ারগী ওক্তাগী পুক্লিং চিংশিল্লমই। জেক্কা অচৌবা অকনবা মীগা লাম্বা পাবদা কিদে হায়নসি উৎলমই। শান্নবদা জেক্কা মাগী লাম্বাডু কন্না থেংনরমই অমস্তুং তুডুনা মাগী য়াংলেন শরু শোক্লমই। কনাদস্থু মডু মানা হায়রমদে। তুংগী পুন্সিদা মডুনা অকাম্বনা অমা ওইরক্কনি হায়বসি মানা থল্লদে।

ঈরোইবা তান্নবদস্থু মহাক মরাইবক থিরমই। য়ুনিভার্সিটিগী ঈরোইবা তান্নবা চাংয়েংদা মহাক ইনফ্লুয়েনজানা নাডুনা য়াওরমদে। তৌইগুম্বস্তুং মী উদবা কান্দা লোন্না চৎতুনা মানা স্থুইমিং পুলদা ঈরোইরনই। মাগী মপাঙ্গল খরা কনখৎনবা শঙ্গোম অমস্তুং অতৈ হকচাং কনখৎপা চিক্লাক খর পুল অডুদা পুরকউ হায়ডুনা মমান্নদা শিন্নরমই। অডুবু ফনা হোৎনজডুনস্থু মাবু থনবিরক্তে। মাগী মহুক্তা রিচার্ড ট্রেগামকী থনখি। মহাকসি তুংদা অফাওবা লানগী পাও পীবা মী অমা ওইরমই। লান লোইরবা তুংদা "জোহন এফ কেনিডি বার হিস্নারো" কৌবা লাইরিক অমা ইথিরমই।

জেক্কী শান্নবা পাম্বা অসিনা মাগী লানথেংনবগী লিংজেল ফহনবদা নত্তুনা করমতোনা পুন্না থবক তৌমিন্নগদগে হায়নবসি তম্বিরমই। মাগী ঈরৈাইবা তম্বিবগী ওজা হেরোলড য়ুরেন্না অসুম্না তাকপীরমই—"নিপামচা অসিনা মানা হেক ঙম্বমথৈ মাগী টিম্না থোইনবা ঙোংলৈ।" অসিগুম্বা মাগী টিমগী ভমক্তবা মথৈ হোংনবা অসিনা কোলেজদা মমিং চংল্লমই অমসুং মতুনা মাগী তুংগী পুন্সিদা য়াম্না কান্নবা ওইখিবনি।

## লম কোয়রবনা জেক্কী পুন্সিদা অহোংবা অমা লাক্লমই।

হার্ভাড য়ুনিভার্সিটিদা জেক্কী অহানবা চহি অনিতুদি ফংলমদে। চুম্না পাসতমক ওইরমই, অতুগা ইকোনোমিক্সতা নম্বর খরা ফজনা ফংলমই। মসিনা মাগী লাইরিক লাইশু তম্বগী পূকচেলদা অহোংবা অমা লাক্লমই অমসুং পুন্সি করম্না লেনগদগে হায়বগী মরমদসু অহোংবা অমা লাক্লমই। মাগী মপানা মাবু কোলেজগী অহানব শরুক্কী মতমদা ইউরোপ চংনবা থোরাং তৌরমই।

শোক ১৯৩৭ কী মমাংদা মান্না ফনা য়াম্না লম কোয়রে। হৌজিক্কি মহৌশাদগী হেন্না য়েংশিনবা খিজিনবা হেল্লে অমসুং মানা উরুব তারুবদগী খংজিন্নবা ঙোংনবসু হেল্লে। ফ্রান্স, স্পেন অমসুং ইটালিদা মাবু কোইহনবগীদমক মপাদা থাগত্তুনা চিঠি ইরমই—"ঐনা লংকৈ কোয়বদগী খঙজিনবা য়াম্না হেল্লে। পৃথিবীগী মফম পূম্নমক্তা খোকনিবা থবকশিংসি মুন্না খঙনবগীদমক ঐগী লাইরিক তম্বদসু থবাই য়াওদবা য়াদে।" মহাক্না মাগী মরুপ

থিলিংজকা মথোয় অমিনা রোমদা পোপ পাইঅস্ (Pope Pius) উনবগী বাস্তু হায়খি। অসিদস্তু নত্তনা মাউন্ট ভেসুভিয়স কাবগী বাস্তু পনখি। ইউরোপকী মীনা আমেরিকানশিংনা পৃথিবীগী ঙিরমদা থবাই য়াওশিনবসি খঙলমদে। মসিদা জেক্লা ঙকলমই। স্পেনগী সিভিল বারগী মরমদস্তু মাগী মত কোংদোকলমই। মাকা হার্ভাডতা হল্লগা মাগী কীভম ফগৎহনগনি হায়না মপাদা চিঠি ইরমই—মরমদি রাজনীতিদা অমস্তুং পৃথিবীগী হিরম কয়াদা মাগী অপাম্ব লৈবনি মাগী পুন্সিগা অমস্তুং মহৈতম্বগী শরুক অমা ওইখি।

শোক ১৯৩৭ তা মানা হার্ভাডতা হেক হল্লকপগা প্রেসিডেন্ট রুসভেলটনা মাগী মপাবু ব্রিটেন্দা আমেরিকাগী এমবেসেডর ওইযু হায়রমই। হিটলারগী লানগী থৌরাংনা ইংলণ্ড অমস্তুং ফ্রান্সতা য়াম্না পুক্নিং লাংতক্লরবা অমস্তুং কীনরবা মতম অদুদা হায়রিবা ফম অসি য়াম্না মরু ওইবনি। আমেরিকাগী অমস্তুং হার্ভাডকী কোলেজ ছাত্রশিংনা স্পেন অমস্তুং জর্মনীগী মরমদা য়াম্না লাংতক্লরমই। মথোয়না পোলিটিকেল ক্লাব শেমলমই। পেরেড তৌবা তমলমই অমস্তুং হিটলার অমস্তুং অতৈ ডিক্টেটরগী মূর্তি শারগ মৈ থারমই।

## ছাত্র অমস্তুং রাজনীতি।

জেক্লা অসিগুম্বা অতাওবগী থবক অসিদা য়াওরমদে। অদুমদি ওইরগা কোলেজ ছাত্রনা রাজনীতিদা অমস্তুং পৃথিবীগী ওইবা

খোৎমদা পামশিন্নগদবনি হায়বসি মানা খঙলমই। অদুগা মসিনা মখোয়গী লাইব্রিক তম্বদা অমসুং য়ুনিভার্সিটিগী শান্ন-খোৎনবদা অপনবা পীরোইদবনি হায়বসি জেক্লা খঙলমই, মতুদি কোলেজগী থবক ময়ামসি তুংগী পুন্সিগী মরু ওইবা ট্রেনিংনি। মানা কোলেজগী পাও-চে "হার্ভাড ক্রিমজন" হায়বদুগী স্টাফতা য়াওরমই অমসুং সাহিত্য, সমাজিক অমসুং মিউজিককী গ্রুফকা তিন্নদুনা লুচিংবা ওইবগী ট্রেনিং মখল অমা য়াওরমই।

শোক ১৯৩৮ গী মেগী তাং ২৯ দা জেক কেনিডি চহি ২১ শুরে। মানা মপাদগী লুপা ৫,০০০,০০০ ফংলমই। মানা শেলগী থোইদোকপা মরু ওইবা কান্নবা খল্লুদে অমসুং মমান্নবদা মতুগী মরমদা তমলুদে। মপানা মখোয়দা শেল হায়বসি লুনা শিজিন্নগদবনি হায়না তম্বিরমই। কেনিডিগী ইমুংসি আমেরিকাগী মনুংদা য়াম্না ঈশাক খুনবা ইমুং ওইরবসু মখোয়না শেলগী মগুণ মুম্না খঙলমই অমসুং মতম পূম্নমক্তা কাববারবালাগুম্না চেকশিন্না শেল-থুম শিজিন্নবদা পূক্নিং য়াম্না চংবা ঈমুংনি।

## হিটলারগী শক্তি ইউরোপতা কনখৎলকপা।

শোক ১৯৩৮ গী সেপ্টেম্বর থাদা হিটলারনা জর্মানিগী মী পূম্নমকপু লাংতক্কহল্লমই অমসুং ইউরোপকী শান্তি থুগাইনবা খোয়াং তোরমই। হিটলরনা ইউরোপকী লম অসুম অসুম লোৌশিনবদু জাতি অতৈনা তঙক তঙক য়েংদুনা লৈরমই। শোক ১৯৩৮ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ৩০ দা ব্রিটিস প্রাইম মিনিষ্টর

নেভিল চেম্বরলিন্না জেকোশ্লোভাকিয়াগী শরুক খর পিথোকখি মসিবু "এপিজমণ্ট এট মিউনিক" কৌই। পৃথিবীগী মী পূম্নমক্না ঙকনরমই অমসুং মুম্না য়েংদুনা লৈনরমই। থোইদোক্না জেক কেনিডিগুম্বা ছাত্রশিংনা অসিগুম্না পৃথিবীগী ওইবা হীরম অসিদা মুম্না য়েংশিল্লমই।

লণ্ডন্দা এমবেসেডর ওইরিবা মপাদগী চিঠি ফংলগা অমুক হেন্না জেক্না মবুক্তা নুংঙাইতবা পোকলমই। মহাক পোৎথাকম খংখিদ্রে। মশামক চৎতুন ইউরোপতা থোকলিবা থৌদোকশিংদু য়েংলিংলমই। মানা হার্ভার্ডকী শিল-লাংলিবা কাংবুদা মাবু মাগী অহানবা চহিগী তংখাই অমা ইউরোপতা লৈনবা থৌরাং তৌবিয়ু হায়জরমই। মহাক্না ইতিহাস অমসুং সরকারগা রাজনীতিগী মরমদা থিজিল্লি হায়না হায়রমই। ইতিহাসকী মচাক থিজিনবগী অচৌবা খুদোংচাবা অমা লৈরে। থুনমক মাবু চৎনবা হুকুম পীরমই।

মতৌ অসুম্না শোক ১৯৩৯ দদি জেকোশ্লোভাকিয়াসি হিটলারগী নাজী লান্মীগী মখাদা লৈরমই। জেক্না এটলান্টিক লানথোক্কুনা লণ্ডন্দা লৈবা মপাগী মনাক্তা চৎখি। অদুদগী মান্না পেরিস, পোলণ্ড, রুসা, টর্কী, পেলেস্টাইন অমসুং বার্লিন কোয়খি। মফম খুদিংদা লানগী ঈরাং য়েংলা য়েংলগা লৈবাক খুদিংদগী মপাদা পাও থারকই। পোলণ্ডগী ডানজীক কৌবা মফমদগী জর্ম্মনীগা পোলণ্ডগা তৌনরিবা অসিগী মরমদা বাহৈ ২৫০০ শাংবা চিঠি অমা ইরমই। পোলণ্ডগী কীভমাী মরমদা চ্যেকশিন্না শমলপ্পা বারী অমা ইরকপগীদমক মপানা জেকপু থাগৎখিরমই।

মানা লম কোয়বা লোয়ম্নবা কান্দা মপাদা অসুম্না খণ্ডহল-লকলমই—মদুদি মতম পুম্নমক্তা ইউরোপতা লান থোকপা য়াই হায়না। মানা উরকপা পুম্নমক্তগী অমসুং তোঙান তোঙানবা আমেরিকান এমবেসেডরশিংগী বাদগী জেক্ল মসি হায়ম্রিবনি। চয়োল অনিগী মনুংদা মানা হায়বা পুম্নমক শোইদনা থোকখি।

লান থোক্কদবা চয়োল অমগী মমাংদা মানা ঈজিপতা কোয়বা লোইশিন্দুনা বর্লিন্দা ইউ: এস এমবেসেডরগা লৈমিন্নখি। মফমদুদা মী খুদিংমক ঈরাং লাওনখ্রে। ইউ: এস অফিসিয়েল অমনা লোম্না মঙোন্দা হায়রমই—"তৌক্তিকমক জর্ম্মন থাদোক্তুনা চৎখ্রে। মখোয়না নংবু থিবা য়াই অমসুং নপাদা পাও পীহনদবা য়াই। ঐখোয় অরোনবা পাও ফংলে মদুদি সেপ্টেম্বরগী তাং ১ দা জর্ম্মনীনা পোলণ্ডা লান ত'গদৌরি"

## জেক্লা অরোনবা লানজাও পুদুনা চৎলি।

মমল য়াম্লবা অরোনবা পা'ও অসি পুদুনা জেক্লা থুনমক বার্লিন থাদোকলমই। লণ্ডন্দা মতম চানা থুংদুনা মপাদা পাও পীখি। শোক ১৯৩৯ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ১ দা জর্ম্মনীনা পোলণ্ড লানদাখি। মতম কুইনা শুংলকলবা লানগী মোং মুংশিৎতু পোখাইরমই অমসুং পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাও হোৎখ্রে। ব্রিটেন অমসুং ফ্রান্সনা পোলণ্ডবু মতেং পাংগনি হায়দুনা জবান তৌখিবদু ভাকখি অমসুং জর্ম্মনিগী মথক্তা লান লাওথোকখি। রুশিয়াদি মিচং চংশিনবদা য়াওরমদে অমসুং মতম খরদি অনিমক্তা য়াওদনা লৈরমই।

জর্ম্মানিনা অস্তুক্কী মতিক নিংথিনা শেম শায়মই মতুদি ব্রিটিসকী জাহাজ লুপহম্নবা সবমেরিন থৌরাং তৌবা হৌরে। সেপ্টেম্বরগী অহানবা চয়োলদা ব্রিটিসকী জাহাজ! এথেনিয়া লুপহমরে। মসি লানগী জাহাজ নত্তে। মী পুবা জাহাজনি। মী ১৪১৮ য়াওরমই। অসিগী মনুংদা মী চহুমদি আমেরিকানি। অকনবা জাহাজদগী লৌখৎপা মীশিংদু গ্লাসগোদা পুরমই। জেকপু মপাদা মফমদুদা থারমই। আমেরিকানশিংবু নুংভাইনা লৈনবা হোৎনরই। থুদোংচাবা কান্দা আমেরিকান জাহাজদা মখোয়বু পুদুনা চৎকনি। অদু ওইরবদি মখোয়গী থোইনা শিনিভাই লৈতে মরমদি মতমদুদা আমেরিকাদি মিচং অনিমক্তা য়াওরমদে।

অসিগুম্বা অরাবগী মতমদা জেকনা লণ্ডন্দা লৈদুনা মপাগী মতেং পাংনিংলমই। অদুবু মাদি কোলেজগী ছাত্র ওইরি অমসুং অভাং ওইরি। সেপ্টেম্বর লোইরমদাইদা হার্ভাডতা অমুক কোলেজ নংনবা চৎপা তারমই।

## হার্ভডতা হল্লকপা।

জেক হৌজিক অমুক হার্ভাডতা মথক্কী ক্লাশতা লৈরে। ছাত্র পূন্নমক লানগী ঈরাংদা ইপা পাখৎনরমই। জেকনা ইউরোপ কোয়রুবা মরমদগী ময়াম্না মভোন্দা লানগী মরমদা রা হংনিংলমই। মানা লম কোয়বদা মাভখিবা মতমদু শিনগৎনবা ইকোনোমিক্স অমসুং পোলিটিকেল সাইন্সতা খন্না কম্না হোৎনরমই। মকাক্কী মহে তম্বদসু থবাই য়াওশিনবা হেল্লে অমসুং সবজেক থুদিঙ্দা

মন্থর য়াম্না ফংবা হেল্লে। হার্ভাড ক্রিমজন কোবা মেগাজিনগী ইডিটোরিয়েলস্তু মানা ইরমই।

মাইকৈ খুদিংদা চাউখৎপা দরকার লৈ হায়বা খঙদুনা মানা লাইব্রিক কন্না পারমই অমসুং মীয়ামগী ওইবা থবক কাওরমদে। মানা কোলেজ তম্বি মুপী মচাগা লোয়ননা ইন্টর কোলেজগী শান্নবা অমসুং জগোইদা য়াওরমই।

মাগী ফিভম থর ফগৎলক্লবদা জেক্কা পলিটিকেল সাইন্সতা ওনার্স লোগে হায়না খল্লকলে। ওনার্স ফংনবা মানা থিসিস অমা ইবা তাখিরমই—অদুগীদমক মানা এপিজমেন্ট এট মিউনিক্কী মরমদা ইগে হায়না খল্লমই। মাগী থিসিস অদুদা মানা উংলমই মতুংদি—শোক ১৯৩৩ দগীনা শোক ১৯৩৮ ফাওবদা থোকখিবা থোদোকশিংদুগী ফলদি প্রাইম মিনিষ্টর চেম্বর লেইনগী থৌশিল অদুনি। পুন্নমক অসিগী মরালদি চেম্বর লেইনগীদা নত্তে। ইউরোপ অপুম্বনা অমসুং থোইদোক হেন্দোক্না ব্রিটনগী রাজনীতি মীওইশিংনা হিটলরনা জর্মনিদা লানগী থৌরাং তৌবসি থেংনা উরমই। অসিগী ফলনা ইউরোপ অপুম্বা শেম শাহোদে অমসুং শোক ১৯৩৮ দা লান মায়য়োক্নরে। চেম্বর লেইন্না মানা ভমজব-মথে মতম শোৎথদনবা হোৎনরমই।

## জেক্কা আমেরিকাবু চোকশিল্লু হায়জরমই।

মাগী থিসিস অদুদা জেক্কা ইউরোপতা থোকলিবা লান অদুদগী থোরকপা খুদোংথিবগী মরমদা কমশিন্না ইরমই অমসুং

মতুদা পৃথিবীগী লানজাও ওইরকপা য়াবগী মরম পীতুনা আমেরিকাবু চ্যেকশিন্নবা অমসুং লানগী তৈয়ারী তৌনবা হায়রমই। মানা অসুম্না হায়রমই, "পাঙ্গলদনা ঐখোয়না আমেরিকা কনবা ঙমগনি। ঐখোয় ইশানা পোশাদবগী লাংদা থুরোইদবনি অমসুং হৌজিক ব্রিটন্না তারিবা দশঃ অসি তাদনবা তোংনগদবনি।" মানা মথা তানা হায়রমই মতুদি মখোয় মী খুদিংগী তৌকম থোকপা তৌতুনা মশা মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্লুনা অমসুং খুংলাই পায়বা লান্মী অশিং তেঙ্গংহন্দুনা জাতিগী পাঙ্গল কলহনগদবনি। গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক্তুদি মী খুদিংমক্না অরাবা অমসুং থুদোংথিবা মতমদদি মাগী মাগী সরকারগী মতেং পাংগদবনি। গোভর্ণমেন্টকী করি মতেং পাংবা ঙম্বগে হায়বসি খনগদবনি। গোভর্ণমেন্টতগী করি ফংবা য়াবগে হায়বা বাখল তৌরোইদবনি। চহি ২০ গী তুংদা ইউ, এস, এ, গী প্রেসিডেন্ট অমা ওইনা জেক কেনিডিনা মাগী অহানবা আমেরিকান জাতিদা পীবা পাওজেন্দা হায়রিবা প্রিন্সিপল অসি অমুক হন্না হায়খি।

শোক ১৯৪০ গী তৌগংলকপদা প্রোফেসর তোপরনা মাগী থিসিস অদু য়েংবা কান্দা ইউরোপতা থোক্লিবা থৌদোক অদুগা চপ মান্নে হায়রমই। হিটলরগী অনৌবা টেঙ্কনা ফ্রান্স অমসুং হোলণ্ডগী লানবল থুগাইদুনা ফ্রেন্স লান্মীবু তকথাইরমই অমসুং ব্রিটিস লান্মিবু ডনকার্কতা তকথোকলমই। ফ্রান্স তুরে। ব্রিটিস লান্মিনা অকপ্পগা লোইননা ডনকার্কতগী নানথোকখি। ব্রিটন অবাবদা তারে। পৃথিবী পুম্নমক ...করমই। উইনস্টন চর্চিল

প্রাইমিনিস্তরনা মী খুদিংমক ভুম্মথৈ লানথেংনৌ হায়জরমই। মানা খঙলমই—আমেরিকাগী মতেংদনা ব্রিটন কনবা ঙমগনি হায়বনি। অদুবু আমেরিকানা মতম চানা তৌগংলু য়াগদ্রা?

শোক ১৯৪০ গী জুন থাদা জেক কেনিডি হার্ভাডতা ওনার্স ফংদুনা পোলিটিকেল সাইন্সতা মকোক ওইখি। মাগী মপানা চাউথোকপগী লোয়নবা লণ্ডন্দগী টেলিগ্রাম তৌরকই।

পোৎ অনিথক এনা নংগী মরমদা মুন্না খঙই।
অহানবনা —নহাক য়াম্না কৈশিংবা মীনি।
অনিশুবদা—নহাক খাইদগী ফবা মী ওইরে।
নংগী মুংশিরবা মপা।

ইউ, এস, এমবেসেডর অমা ওইনা জেককী মপানা লণ্ডন থাদোকপা য়াখিদে। মাগী মমাদি হার্ভাডতা লাক্নুনা গ্রেজুয়েসন সেরিমনি অদু য়াওখি। অদুবু লানগী ফত্তবা পাওনা জেকী মাই-পাকপগী মুংভাইবদু মাঙহনখি। ইউরোপ পুম্বা লানগী নৈরি মরক্তা লৈখ্রে অমসুং লানগী লানবুংনা অসুম অসুম নক্ক য়ৈশিল-লকলমই। মাগী থিসিস্তা আমেরিকানা পৃথিবীগী অনিশুবা লান-জাওদগী নানথোকপা য়ারোই হায়বসি হায়রমই।

## জেক লাইরিক লেংবা মী ওইনা মমিং চৎলে।

মাগী থিসিস অদু উবদা মপানা য়াম্না হরাওরমই অমসুং জেকপু মদু লাইরিক ওইনা নমথোক্কবা হায়রমই। খরা শেমদোক শেমজিন তৌরগা "করিগী ইংলণ্ড তুমদুনা লৈরমই" হায়রবা মমিং

থোন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোংলে। আমেরিকা অমসুং ব্রিটন্দা কোপি ৫০০০০ হেন্না য়োনখ্রে। চহি ২৩ দা ড্রাইরিবা কোলেজ গ্রেজুয়েট ওইরিবা কেনিডি থুনা মমিং চৎখ্রে। চাউথোকচবা মপানা কোপি অমমম ইংলণ্ডগী লিংথৌদা, প্রাইমিনিস্টর চর্চিলদা অমসুং লণ্ডন্দা লেকচা ওজা ওইথিবা প্রোফেসর লাস্কিদা থুদোক ওইনা পীজখ।

তৌইগুম্বসু লাইরিক অদুদা য়াওরিবা চোকশিন য়াওইহে অদুনা ব্রিটনবু কননা ডুমখিদে। নাজি প্লেন্না সহর অপুনবা থুগাইখি। অচৌবা লোন পোখইদুনা মকন কয়াদা মৈ চাকখি। লাইরিক অদুগী কান্নবা থানগুদি নৈখি। আমেরিকাবু অমসুং পৃথিবী অপুম্ববু কীহন্নবা থুদোকথিবা অদুদগী চোকশিনবগী মতম ফংখি। অদুম ওইনমক আমেরিকানা হোগৎপা থবা তৌখি। আমেরিকানা ভাব ভারকপা কান্দা মতাংক্তি কারিমতা শেগ শারমদ্রে। আমেরিকাবু তৌবা ধমকাদি ইগা থাজদবা য়েক্লবদগী লাকলমই।

## II লান্দা থোনা ফবা নিপা।

শোক ১৯৩০ দা জাপানদি অপিকপা ইগৎ লৈবাক অমা ওইরমহ। মীশিং কোটি ৬০ লৈরমই। মথোয়গী লৈনবা মফম অমসুং থুংশা হৈবগী থবক তৌবগী মচাক দরকার ওইরমই। মসি ফংনবা হায়দুনা লান পাম্বা জাপানিজশিংনা পৃথিবীগী লাংলিইডগী ফিভমগী থুদোংচাবা লোড়ুনা শোক ১৯৩১ দা মানচুরিয়া লৌশিনখ্রে। তপ্না তপ্না জাপান্না মাগী লৈবাক শন্দোকপা হৌরমই। শোক

১৯৩৭ তা চাইনাবু য়োংশিনগে থোরাংলমই। নোংপোকথংবা এশিয়া লৌশিনবগী অমসুং খুদুম চনশিনবগী মসিনা তঙানবা থোংথাংমি।

মসি উবদা হিটলরনা শরাওরমই। শোক ১৯৩৬ তা জর্ম্মানিনা ইটালি অমসুং জাপানগা লোয়ননবা অমগা অমগা মখোয়গী লন শন্দোকপগী থোরাংদা বা তান্নবা অমসুং মতেং পাংনবা কারার তৌনরমই। শোক ১৯৪০ গী সেপ্টেম্বরগী তাং ২৭ তা জাপান্না নোংপোকথংবা এশিয়াগী লুচিংবা ওইগনি হায়বসি য়াল্লবগী মওংদা জর্ম্মানি, ইটালি অমসুং জাপান্না পুন্না সাহি তৌনখি। মখোয় অহুম্না পৃথিবীসি ভাকে খল্লমই। মখোয় অহুমসি 'এক্সিস পাওয়ার' কৌনই। পৃথিবীগী জাতি অতৈনা মখোয়গী মখাদা লৈগনি হায়না খল্লমই। লানগী মৈশাসি অসুম অসুম শন্দোক্লমই। মতুনা আমেরিকাবু নোংপোক অমসুং নোংচুপলোমদগী ধনকা তৌরমই। জেক কোর্ণডিনা পৃথিবীগী লানজাওগীদমক চোকশিন বাহে হায়খিবতু থোজাক্ত চুমলে।

জেক্কি কমদোনা? কোলেজদগী থোরকপদগী মা করি তৌরি? মানা কোলেজদগী শোক ১৯৪০ দা থোরকপা মতমদা আমেরিকা লান য়াওদ্রি। অদু ওইরবসু মী খুদিংনা খল্লবমই—মতুদি ব্রিটন অমসুং ফ্রান্সনা জর্ম্মানিগা লান শেংনবদা আমেরিকাসু মিচং চংলরনি হায়বসিদি অসিগুম্বা মক্ষম মরাং খল্লদবা মতমসিদা নত্তা ওইরিবা আমেরিকান নিপা, সুপ্রীশিংনা মখোয়গী ভুংগী পুস্নিদা করি তৌসিগে হায়বা লেপ্পা ওমলমদে। জেক

কেনিডি মহৌশানা পোৎথাকম খভদ্রে অমসুং মপুক্লিং ঈয়াং লাংলমই। লানগী মৈথুনা কোকথক্তা লৈরগা করিগুম্বা অরুবা থবক অমা তৌগৎপা কাম্নদে হায়না খল্লমই। উকিলগী থবক তৌনবা মানা য়েল লো স্কুলদা তমগে খল্লমই। তৌইগুম্বসুং মচু তোক্তুনা মানা কালিফোর্নিয়াগী ষ্টেনফোর্ড য়ুনিভার্সিটিদা কারবারগী স্কুল অমদা তমলমই। অদুম ওইনমক মানা থবক্তা পুক্লিং চংবা ঙমখিদ্রে। পা ৬ লৈরগা হল্লকলে। কেক্লা তৌজিক মাগী ভুংগী শিম্থা খনবসি মতম চাদ্রে খল্লমই। থুনমক আমেরিকাসু লান য়াওগনি হায়বদি খঙলকলে।

## অরোইবা ওইনা মখোয় ময়াম।

শোক ১৯৪০ গী কালেন চংলকপদা কেনিডিগী ইমুংদা মরু ওইবা থৌদোক অমা থোকখি। মখোয় তৌজিক মী মাপন শুরে। মরিনা মিপা অদুগা মঙানা নুপী। মেসাচুসেটদা লৈবা মখোয়গী কালেন থাগী লৈফম হিয়ানিস পোর্টতা মখোয় নুংঙাইনা লৈরমই। মখোয় পূম্নমক্না ভুংগী শাশা লোয়না ফরমহ। খ্বাইগী অহল জোউ হৌজিক চহি ২৫ শুরে অমসুং রাজনীতিগী অফাওবা মী অমা ওইরে। মতম অমদা মানা ইউ, এস, এগী প্রেসিডেন্ট ওইরবা য়াই হায়রনা আশা তৌনরি। জেক্লা চহি ২৩ দা ডাইরি অমসুং "ওয়াই ইংলণ্ডন শ্লেপ্ট" হায়বা লাইরিক ইবগী মমিং চংলমহ। কেথলিন্না চহি ২০ শুরে অমসুং খবর-চেগী অফিস অমদা থবক তৌরমই। মচা অতোপ্পা ৬ অদুসু চাউথোক্লা লৈরমই। মপা মমানা মখোয়বু উবদা চাউথোকচরমই।

মখোয় পুন্না লৈমিন্নবসি য়াম্না নুংঙাইরমই। অদুবু লানগী মৈথুনা অসুম নকশিল্লকপদা মখোয়গী নুংঙাইবদু কুইগনি খল্লমদে। মখোয়না খঙলমই মদুদি—শোয়দন। মখোয় থাদোক্লবগী মতম লাক্কনি। মসিনা মখোয়গী অরোযবা যুম অমক্তগী মখাদা লৈমিন্নগদবা নুমিৎনি হায়বসি খঙলমদে। মখোয় মচিনমনাও মাপন অদু অমুক হন্না উনররোই।

আমেরিকা তৌজিকমক্তি লান চংদ্রি। অদুবু ব্রিটনবু ইকোং ফোংনা মতেং পাংবনা জর্মনগী সবমেরিন্না আমেরিকাগী জাহাজবু লান্দাখি অমসুং খরম্ব লুপতনখ্রে শোক ১৯৪১ গী জুনগী তাং ২২ দা হিটলরনা রুসদা লান্দাখি মী থুদিংনা হিটলরনা ইউরোপতা থাইদগী চাউবা পাউবার ওইবদা থিংমবা ব্রিটন অমসুং ফ্রান্সবু মতেং পাংলোইদ্রা হংমরমই। থা কয়া তৌখ্রে থবক্তি পায়খৎনদ্রি।

## জাপান থৌনা ফগৎলক্লে।

ইউরোপ্তা হিটলরনা মাইপাকপদগী থুদোংচাবা লৌদুনা জাপান্না শোক ১৯৪১ গী জুলাই থাদা ফ্রেন্স ইন্দোচাইনা লৌশিনখ্রে। আমেরিকানা জাপান্না কনখৎলকপসি নুংশা পিদুনা মাগী লানগী খোংচৎ থিংনবা চাইনাদা শেনথুম অমসুং লানগী পোৎচৈ পীরমই। মমৈথংদদি ইকোং ফোংনা ইউ, এস, এনা জাপানবু এশিয়াদা লান্দারকনু হায়না ধমকা তৌবা যাহে হায়খি। অদুবু মদু ক্লান্নখিদ্রে। জাপানগী লানগী অচৌবা মীশিংনা মখোয়না মংলন্বা

মং অদু শোয়দ্রে হায়বসি মুন্না খঙলমই। অসিগী মথক্তা জেনেরেল হিডেকি টোজোনা প্রাইম মিনিষ্টরগী ফম লৌখিরমই। মহাকসি য়াম্না নমথাক হৈবা মীনি। জাপান্দনা লানগী থৌরাং কন্না তৌখংলমই অমসুং ভারত ফাওবা লান্দানবা হোৎনরমই অদুগা অসোমদনা বাশিংটন্দা টোকিওদগী মী কাংবু অমি লান তোক্নবগী বা ঙাংনবা থারকই।

নভেম্বরগী তাং ১৭ তা প্রেসিডেন্ট রুসভেল্টনা নোংপোক মাইকৈগী শান্তিগী বা ঙাংনবা লাকপা কাংবুদু ওকলমই অমসুং টোজোনা শিনবা মতুংইন্না ওয়াশিংটন্দা ঙাংনরমই। মমৈথংদা ডিসেম্বরগী তাং ৬ তা রুসভেল্টনা জাপান্না আমেরিকাগী মথক্তা লান তৌদনবা কন্না হায়জখি। তৌইগুম্বসুং মদু অরেম্বা তাখি।

## নোংপোকলোমগী লান্দি হান্নবা হৌখ্রবনি।

শোক ১৯৪১ গী ডিসেম্বরগী তাং ৭ অসি হবাই হাযবা পেসিফিক্কী পেরেদাইস হায়না খঙবা দ্বীপ অসি য়াম্না তপ্পা, ইংবা ফজবা মফম অমনি। অয়ুক্কী ঙাংভ্রানবা নুমিৎকী মঙান্না অশংবা দ্বীপকী মথক্তঃ য়ৈবদা য়াম্না ফজে। অকুপ্পা নৈঙোই তোর্বান্দা ঈথক্না জগোই শারি। ইথকী ইংলবা খোনজেল মরক্তা বাংলবা য়ুবী পাম্বাশিংগী মনানা হায়না হুম্না নুংশিত্তা শান্নবগী খোজেম্না য়াওশিন্দুনা অমুক্না ফজহল্লি।

খঙহোদনা ফজরবা দ্বীপ অসি নোরোকী কোম ওনব্রে। তরং তরংবা অতিয়াদা জাপানগী প্লেন্না কাংবু কাংবু পাইশল্লক-কুনা বোম থাদরমই পারল হার্বর মাঙ তাকহল্লমই। অমেরিকাগী

প্লেন কয়ামরুম অমসুং জাহাজ ৮৬ মাংহল্লমই। লানগী জাহাজ ১৮ শুপহনখি অমসুং ঈশিংগী অমসুং কংফালগী লাম্মীগী পুন্না অফিসর ২৪০০ হাংলমই। অসি পুন্নমকসি কৱিগুম্বা চেকশিন্ন বাহৈ অমত্তা য়াওদনা অমসুং লান তৌরে হায়বা খঙহন্দনা তৌখ্রিবনি। জাপানগী অমথাক অঙকপনি। শান্তিগী বা ৱাংননাবা জাপান্দগী মী কাংবুনা হেক ওয়াশিংটন য়ৌবগা অমসুং বা ৱাংনবা হেক হৌবগা নো-ভেম্বরগী তাং ২৬ তা জাপান্দগী লানগী জাহাজ ৩১ না প্লেন ৩৫০ অমসুং সবমেরিন পুদুনা যাত্রা তৌরকলমই। মখোয়না চংকদবসি ঈশিংগী লম্বীদা মাইল ৩৫০০ নি। মখোয়গী পান্দমকম (Target) কৱিনো? আমেরিকাগী পেসিফিক্তা লৈবা ঈশিং লাম্মী পৈফম পারাল হার্ভর থুগাইনবগীদমক্তনি।

হৌজিক আমেরিকাদা লাল য়োরক্লে—চুপ্নগী—লান

মক্তে—শুপনমগী—লাননি!

## লানগীদমক লাংতক্নবা

জেকী মপানা ব্রিটন্দা এমবেসেডর ওইবা কান্দা আমেরিকান লাল য়াওরুগু হায়দুনা কন্না হায়রমই। অদুগা ব্রিটন অমসুং ফ্রান্সপু তক্তুনা মতেং পাংউ হায়রমই। তৌজিক্তি আমেরিকান লাল য়াওবা তারবনিনা কেনিডি কাংবুদু লাল য়াওনবা খৌরাংনা হাইরমই। চহি ৫৩ শুরবা জেকী মপানা প্রেসিডেন্টদতা অমুম্বা হায়রমই—"কল্লম্বা লানফম্নো মতুদ তাকউ—ঐ লুচিংদুনা চংকে"। জোর্ডদি হান্নমা নেভিদা চংখ্রবনি। তৌজিক ইউরোপ্তা বোম থাদবদা মাসু মতেং পাংনবা ব্রিটন্দ থাখি।

হৌজিক লাল শোইদ্রবনিনা জেক্লা মাগী লাইব্রিক মথা তমথবা তোক্লুনা থুনমক শোক ১৯৪১দা ইউ, এস, আর্মিদা চংগে হোৎনরমই। অদুবু মাগী ছাত্র ওইরিবৈদা ফুটবল শান্নবদা ময়াংলেন শক্ল শোকখিবদুনা মরম ওইদুনা মাবু লৌবিদ্রে। মানা মিঙবা কায়দুনা কন্না শাজেন শান্নদুনা মাগী য়াংলেন অদু খন্না কখ্রে। হৌজিক নেভিদা চংবা য়াবগী আশা লৈরকলে। থুনামক নেভিদা চংলে। অদুবু মাগী লানমাং চংবগী আশাদি থুংখিদ্রে। মাগী থবক্তি কংফান্দা পীরমই। মহাক্তি লাইব্রিক লেংবা মীনিনা ওয়াশিংটন্দা লৈবা নেভিগী অফিসারশিংগীদমক ফোংবা "নিউজ শিট" কৌবা পাওজেল-চে অদুগী ইডিটর হাপলমই। মমৈথংদা আমেরিকান কারখানা শিংবু নোংথক্কী লান্থাবদগী কন্না কনগদগে হায়বগী থৌরাং তৌবা থবক্তা মাবু হাপলমই। থবক অসিমকসি মানা হৈনরমদে।

ময়াম্ব জোর্ভগী মতৌগুম্না মহাকসু মরৈবাক্কীদমক থুংগেংননা লান য়াওবা পামলমই। মানা মারলনাই হোংবদা য়াদ্রদুনা মপাদা হায়হল্লমই। পার্ল হার্ভর লান্থাবগী থা ৯ গী তুংদা লামগী ট্রেনিং য়াওনবা মাগী লাইব্রিক ইবগী থবক্তু থাদোকলমই। মী পুম্নমক্লা মহাক্কী থৌনা অমসুং মরৈবাক নিঙবগীদমক মহাকপু থাগৎলমই। ঈনাক থুনবা ক্রুড়পতি অমগী মচানা লানমাঙ থাগে অরাবা নঙগে —অশিবা মায়য়োক্লগে হায়দুনা বানোম্বসি মী খরনা থাজনরমদে।

শোক ১৯৪২ গী সেপ্তেম্বরগী তাং ২৭তা মেলভিলদা লৈবা নেভি ট্রেনিং স্কুলদা চংদুনা মাগী অচৌবা আশাগী শরুক খরদি থুংবা

হৌখ্রে। মথৈথংদা এনসাইন জোহন্ এফ কেনেডিনা লানগী জাহাজ অমদা তোংদুদা সাউথ পেসিফিক্তা লানথেংনবা যাত্রা তৌখি।

## পেট্রোল টোর্পেডো বোটস।

পৃথিবীগী লাঞ্চাও অহানবদগী তৌনা ব্রিটিস অমস্তুং ইটালিয়ান শিংনা অপিকপা হি লান্দা শিজিন্নবা হৌরক্লকলমই। তৌইগুম্বস্তুং ইউ, এস, নেভিদি মদু শিজিন্নবদা য়াম্না তপ্লমই। অদুম ওইমমক শোক ১৯৪০ গী জুন থাদগী তৌনা শিজিন্নবা হৌখ্রে। হি মচাশিংসি পি, টি, বোট কৌই। শোক ১৯৭১ গী ডিসেম্বরদা পার্ল হার্ভরদা লৈবা হি ৮৮ গী মন্নুংদা ৬ থক্না জাপানগী প্লেইন ৩ থক কাপথুখি। অসিগুম্বা অপিকপা অমস্তুং য়াম্না য়াঙবা হি শিং অসিনা জেনেরেল মেকআর্থর অমস্তু অতৈ অতৈ অচৌবা অফিসরবু ঈশিংদগী কনবগী-দমক মমিং চংঙ্গি। ফিলিপাইনদস্থু জাপানিজশিংনা ফাগে তৌবদগী নানথোক্নুনা অষ্ট্রেলিয়া তাল্লা চেনখি অমস্তুং মফমদুদগী লান থেংনবা থৌরম তৌখি।

হি অমা ওইনদি পি, টি, বোট অসি য়াম্না চাউই—ফুট ৮০ শাংই। অদুবু অতৈ অচৌবা ডিষ্ট্রইয়ার অমস্তু ক্রুজরগা য়েংনকু রবদি য়াম্না পিকই। লৈবাক মথক্তা ফুট ৮০ অমুক্তং ওন্থোক্নুনা য়েংলবদি কয়া শাংবগে হায়বা খঙগনি।

ঐখোয়না কংফালদদি হৱাগাড়ীনা পুংদা মাইল অম্বুক চেনবা হায়নৈ। জাহাজ অমনা পুংদা মোট ৪০ চেনবগা হৱাগাড়ী অমনা পুংদা মাইল ৫০ চেনবগা মান্নে। হায়রিবা পি, টি, বোটশিং অসি ইঞ্জিন অহুমম্মক থাম্নবদি পুংদা মোট ৪০ চেনবা ঙমই।

জেক্লা থা অনি ট্রেনিং চৎপা অদুদা য়াম্না থুনা থবক পূম্নমক তমনিংলমই। ময়ামদুগী মকোক ওইদুনা থুনা লানমাংদা থাজিনবা অহানবা কাংবুদা য়াওনিংলমই। মোংমৈ কাপ্প', টোর্পডো থৌবা, মৈখু থাদোকপা, ফীরাল, মৈ অমস্তুং রেডিওগী মতেংনা পাও থাবা; সেকেণ্ড ১গী হুইদা ইঞ্জিন তৌহনবা অমস্তুং য়েক্লবগী প্রেইন মশক খঙনা—অসি পূম্নমক জেক্লা তমলমই।

## জেক প্রোমোসন ফংলে

জেক্লা মেলভিল ট্রেনিং স্কুলদা লৈরিঙৈদস্তু হি হোনবগী থবকসি য়াম্না লৈশিংবা উৎলমই। মরম অসিদগী মাবু য়াম্না থুনা শোক ১৯৫২ গী ওক্টোবরগী তাং ১০ দা এনসাইনদগী লেফটিনেন্টগী ফমংগোন কায়কলে।

ডিসেম্বর থাদা মানা ট্রেনিং স্কুলদগী ডিপ্লোমা ফংখি। ময়াম্না মাবু য়াম্না থাগৎপদা মঙাক কয়াওজখি। অহিংদা মুংঙাইবা মং মঙলমই। পি, টি, বোট ১০৯ গী কেপটেন ওইদুনা জাপানগী লালগী জাহাজ অচৌবা লুপহনবগী মং মংলমই। অদুবু অমুক অঙনবদা মান অফিস চৎপদা মাগী নিংবা কায়বা ওইরমই। মরমদি মাবু পি, টি ১০১ গী কামান্দর হাপলমই।

পি, টি, বোট ১০১ গী কামান্দর ওইবদা মানা নিংবা কায়রিবদি কারিগীনো? ১০১ হায়বসি ১৩ গুন্দা ফত্তবা মশিংবু নত্তে। মরমদি মসি লান চংনবা বোট নত্তে। মেলভিলদা লৈদুনা মী অতৈ ট্রেনিং পিনাবা বোটনি।

মী অতৈবু ট্রেনিং পিনাবা জেকপু মতুদা থমলমই। মী অতৈ ওইরবদি মসি য়াম্না নুংঙাইবা থবক্নি হায়গদবনি। লানগী অবা-অনা অশিবা, চাবা ফংদবা, তুম্বা ফংদবা, পুম্নমক মক্কম অতুদা লৈত্রবনি। অতুদগী হেম্বোক্তুনা জেকী কালেম্বাগী লৈফমদগী থোইমা লাপ্তে। মরম অতুনা জেক্না য়াম্না হরাওফম তোপকনি অতুবু মহাক্কি হরাওরমদে।

## য়াম্না চেকশিল্লি, অতুগা মবুক্কি কৈ।

জেক ফুট ৬ রাংই, চহি ২৫ শুরে, অতুবু অঙাং ওইনা উই। মীনা মাবু অফিসারগী মচাগুম্না থল্লমই। মানা য়াম্না ফবা ইনষ্ট্রকটর ওই, ডিসিপ্লিন ফজনা ঙাকই। মী খুদিংনা মাগী হুকুম ইল্লি। মোংমা মাগী মী অমনা মাগী হুকুম ইল্লমদে। জেক্না মাবু কৌতুনা হায়রমই, "পাক, নং মুম্না তাউ, নংনা তৌরিবা অসুম্না মী খুদিংনা মাগী মাগী রুল শেল্লরবদি, য়াম্না থুনা ইউ, এস, নেভি অসি জাপানিজগী মথুক্ত মাইথিবা ফংগনি।"

জেক্না অফিসার অমসুং মী অতৈবু ট্রেনিং পিবদা য়াম্না নুংঙাইজে। অতুবু মানা লানমাগুদা চংবনা হেম্না পামজে। মমৈগংদা মানা মিংবক্ত থুংখিরমই। ১৯৪৩গী ফেব্রুরারীদা মাবু সোলোমন আইলণ্ডদা চংতুনা পি, টি, বোট ইসক্কাড্রোন টুদা থবক তৌ হায়রমই। মাম্না এপ্রিলদা গুডালকেনেল থুংলমই। মতুদগী জিপ অমনা মাবু কামাণ্ডর কালর্ভতডা, রিপোর্ট তৌনবা পুখি।

হৌজিক মহাক ইসক্কাড্রোন টুগী কামাণ্ডিং অফিসার ওইরে। অতুগা পি, টি ১০৭ অসি মাগী ওইনা লৈরে। মাগী মং অতু

হৌজিক চুম্লয়ে। অদুবু মানা য়েক্লবগী জাহাজ লুপহনবগী থাসি মাংমা তুম্লবা কান্দদা চুম্লমই। অয়ুক নুংথিলদা সমুদ্র তোর্ব্বান্দ লাংজাবা অসি মঙোন্দা নুংঙাইনা থোক্লে।

## মী থুদিংমক ঙকলমই।

মাগী নুংঙাইতবা অতৈম্ব লৈরম্ঈ। খর অহল ওইবা মীশিংনা মহাকপু পি, টি, বোটকী ইসক্কাড্রোন লিডর ওইনা থল্লকপদা য়াম্না ঙকলমই। অমম্বুং মাবু মমাংঙৈদা লান য়াওরবত্র তংলমই জেক্লা য়াওরুদ্রি হায়না খুমলমই, অদুগা পি, টি, .০১ গী কামাণ্ডর ওইরুবে হায়রমই। মদু তাবদা অমুক হেন্না ঙকখি মখোয়না জেক্লী মপাদি মমাংঙৈদা ইউ, এস, এ গী রাজদূত ওইনা ব্রিটেন্দা লৈরমই হায়বম্ব খঙলমই। অদুগা জেক্লী মপাসি য়াম্না ঈনাক খুনবা ক্রোড়পতিনি হায়র্বাসি খঙনৈ। নিপা অমনা জেকপু অপঙবনি হায়রমই। মহাক্লা জেক্লুম্না ঈনাক খুল্লবদি নুংঙাইনা য়ুমদা ফমদুনা চাদুনা লৈগনি হায়রমই। কেনেডিগী কাংবুদি শেল য়াম্না লৈবনা নুংঙাইবা কৌরমদে—তৌইগুম্বম্বুং করম্না অক্ষবা থবক্লা শেল শিজিন্নবগে হায়র্বাসি খঙবনা মখোয়গী নুংঙাইবা ওইজে। মসি নিপা অদুনা খঙলমদে।

নোংমা জেক্লা নিপা অমদা শোয়দুনা লৈখোম চাইশিল্লুবগী য়াম্না থিমা নিপা অদুনা চৈরকখি। জেক্লা মানা লাংজরে হায়জরমই। পি, টি, :০৯ গী কেপ্টেন নি হায়বা খঙলবদা নিপা অদু নোকলমদে।

জেক্কী অফবা মী ভাক্কা হিরোয় ওইরমই। মখোয় পূম্নমক লোইনা ট্রেন তৌরবা মী ভাক্কনি। অমনা রেডিও শেম্নরমই, অমনা নোংমৈ—অমনা ইঞ্জিন, অমনা স্তিয়ারিং শেল্লমই। অস্নুম তৌনা মখোয় পুম্নমক অমনা অমগী থবক লোইনা খভলমই। কনাগুম্বনা শোকপা নত্রগা শিবা য়াওরবস্তু অমনা তেক্কা থবক অদু পুরমই। কেপটেনগী মখাদা ক্রাটর মাস্তরনা মরু ওইবা মী ওইরমই। জেক্কী এসিস্টেনদি এনসাইন টোমনি।

## মখোয়না থেংনখিবা অৱাবা।

লান্স লেংনদবা মতমদা মখোয়না তাস শান্নদুনা নত্রগা ফিলম য়েংদুনা মতম লেল্লমই। জাপানিজশিংনা লান তারক্ত্রবস্তু মথল নখা অয়াম্বা হু চেনবা তৌল-কাওনা অৱাবা পীরমই। কাও স্কোর্পিয়ন ব্লেক সপাইডর না অৱাবা পীরমই। মতম পূম্নমক্তা বোম থাদরকপগী থুদোংথিবা লৈরমই করিগুম্বা মখোয়গী বোট অদু কায়রবনি ঈরোক্ত-দুনা লাকপা তারমই। মসিদা সার্জ কী থুদোংথিনস্তু লৈরমই। ঈরোইদুনা লাক্পদা য়েক্লবনা নোংমৈনা কাপললকপস্তু য়াই। সোলোমন আইলণ্ডগী মীশিংদি অশিবা য়াওরগা সমুদ্রদা থাদে। সার্ক্ মখোয়দু চাথোকই। মরমদুনা মফমদু সার্ক য়াম্না লৈ। করিগুম্বা মী অমা নোংমৈন পান্দুনা ঈ থোক্লবদি ঈ মনম তারগা সার্কশিংনা য়াম্না ভাওবা তেল্লি।

১৯৪৩ গী জুলাই থাদা পি, টি, কাংবু অদু নিউ জর্জিয়াদা হোংখ্রে। থ: ৩ গী মনুংদা জেক্কী পি, টি, ১০৯ বোট অদু লাঞ্জাবা

য়াম্না চৎলমই। জুলাই তাং ২০ ফাওবদি তশেংনা লাম্থেংনবদি য়াওখিদ্রি।

পি, টি, বোট ১০৯ অদু জাপানিজ প্লেন্না এতেক তৌরক্লুনা মী অনি শোক্লে। জেক্লা মাগী মথাগী অফিসারবু বোট অদু থেকোই থেকোই তৌনা থো হায়রমই। অমম্বদা জেক্লা মাগী অশোকপা মী-শিংদু সেবা তৌরমই অমসুং অশোকপদু ফী য়েংশিল্লমই। অহিং মঙা লৈরগা অমুকসু প্লেন্না এটেক তৌরক্লমই।

জেক্লা তৌরিবা থবকসি য়ানিংদ্রে। মামা অফবা খুৎলাই পাম্লমই। টেঙক কাপ্পবা অমনবা নোংমৈ অমা ফংলে, মদু মাগী বোটতা হাপচিন্দুনা মখোয় খরা পুক্লিং লুমলে। অদুগী মতুংদা জাপানিজ প্লেন্না এটেক তৌরক্লুনা পি, টি, বোট অনি থুগায়রে, মী অনি হাৎলে অমসুং মরি শোক্লে। জেক্কী পি, টি, ১০৯ দি নাম্থোকহৌরে অমসুং অহিং অদু পোথারে। বোট অনি কায়খ্রবনিন্না জেক্কী বোট অদু লানচংবা ত্যরমই। মী ৪ শোকখিবা অদুগী মচুক্তা অমৌবা মী ৪ অমা জেক্কী বোটতা য়াওরমই। এনসাইন রোসনা মতা চাক্লদুনা জেক্কা উনখি। লান কন্না থেংনবগী অহিংদা মহাক ঙাউনবদা জেক্লা হরাওজখি। মতুংগী থংনবা সুমিৎকী লাম্দা জেক্কী বোট অদু কায়খ্রে অমসুং মাগী মথবাই মাংলমগদবা শন্নাদা লিৎলি।

ইয়ু, এস, এ, গা জাপানগা মাইল লিশিং মঙা লাপ্লে। মরম অসিনা মরক্তা লৈবা সোলোমোন আইলণ্ড, হবাইনচিংবা দ্বিপশিং অসি য়াম্না মরু ওইবা মফম ওইবনি। হায়রিবা দ্বিপশিং অসি অষ্ট্রেলিয়াগী অবাংদা লৈবনি। আমেরিকান শিংনা পার্ল হার্ভরদা

মাঙখিবদু হনজিন্নাবা হোৎনদুনা জাপাননিজশিংবু থিংবা ভমদ্রিডৈ-দদি পি, টি, বোটাশিং অসি য়াম্না কান্নরমই। মখোয়ন য়েক্লবগী থবক অমসুং চংশিল্লকপড অপনবা পীরমই। মখোয়বু "কাণ্ড" হায়না খঙনরমই। মরমদি মখোয়না তুমিন্না অহিংদা চংদুনা য়েক্লবগী লালগী হিদা টোর্পেডো কাপশিল্লুবগা য়াম্না য়াঙনা মথুন্দা মৈখু শন্দোক্লগা চেল্লকই। জাপানিজশিংনা মৈখুনা কুপ শনবা অদুদা মখোয়গী সার্চ লাইটনা উবা ঙমদে অমসুং নোংমৈ কাপ্পা ঙমদে। অসুম তৌনা অহিং থুদিংগী মখোয়না য়েক্লবগী জহাজ থুগায়খি।

## অষ্ট্রেয়াগী খুদোংথিবা।

১৯৪২ গী আগষ্ট ফাওবদি জাপানিজশিংনা সোলোমন আই-লণ্ডগী লানগী পোৎচৈ পৈকম অমদা কন্না ঙাক্তুনা লৈরমই। মফম অসিদগী মখোয়না ঈশিংগী নঙ্গগা নোংথক্কী লম্বীদা অষ্ট্রেলিয়া চৎপা কাংবুবু অপনবা পীবা ঙমলমই। অসিদগী হেন্দোক্তুনা অষ্ট্রে-লিয়া ফাওবা লাস্তাবা ঙমলমই। লাক্লবক ফদুনা আগষ্টকী তাং ৭ তা সোলোমন গ্রুপগী মমাংথংবা শরুক্তা ইয়ু. এস, এগী ঈশিং লম্মীনা লান্তাবদু মঙ্গল ওইখ্রে। মখোয়না গুডালকেনেল অমসুং টুলাগী হায়বা মফমদু লৌদুনা লৈখ্রে।

চহি অমা লৈরগা শোক ১৯৪৩ গী জুলাই থাদা পি, টি, বোটকী ষ্টেসন অদু রেনডোভা আইলণ্ডদা হোংখ্রে। জাপানিজগী লানহিনা মী অমসুং থুৎশু-থুৎলাই পুদুনা লাকপদু মখোয়না থুগাইবা অমসুং অপনবা পীবা অসি মখোয়গী মখোনি। হৌজিক্তি মখোয়না থবক

তৌবদা খুদোং চাবে অমসুং মখোয়গীসু খুদোংথিনিংঙাই কয়া লৈখিদ্রে।

## অমুক লান হৌরে।

জাপানিজ ডিস্ট্রোয়ার মী খক্লামরি ৯০০ অমসুং লানগী মপোং মচৈ টন ১১০ পুডুনা রাবোন্দগী ভিনা তান্না লাক্লমই। শোক ১৯৭৩গী আগষ্ট তাং ১ দা নুমিং তেক তাবগ পি, টি, বোট ১৫ থক জাপানিজগী জাহাজ থুগাইনব রেনডে ভাদা যত্রা তৌরক্লে মখোয়না জাপানিজ ডিষ্ট্রোইয়ার শংবু থুগাইনবা অথুব ঈশংগী লম্বিদা লুমডুনা লৈখ্রে। অহিং লোংয়ংদা পি, টি, ১৫৯ না জাপানিজ ডিষ্ট্রোইয়ার উরে অনসুং নাগী টোর্পেডো নরামক কাপখি অডুবু পানবা ঙমখিদ্রে। অডুদগী মখুন্দা মৈগু শন্দোক্লুনা আরাপ্পা লমদা চেনখি। পি, টি—১৫০ সু তোর্পেডো অনি কাপখি অডুবু পানখিদে। পি, টি, বোট অহুম অমসু টপ কাপ্পগী মৈরি উডুনা নকশিল্লকম্লই। জাপানিজগী এঃরোপ্লেন্না মখোয়বু কনা তান্থোক্লমই, অডুম ওইনামক মখোয়না টোর্পেডো ১১ কাপলমই। অহিং অডু পি, টি, বোটকী লাইবক থিবনি অমত্তা পানবা ঙমদে। জাপানিজ ডিষ্ট্রোইয়ারগীদি লাইবক ফবনি। অশোকপা অমত্তা য়াওদ্রে। কুনগ্রক কাপ্পদা অমুক্তা পানদে। য়েক্লবগী জাহাজশিংদু অশোক অপন য়াওদনা লানথোকখ্রে।

পি, টি,—১০৯ অমসুং পি, টি,—১৬২ দি খন্না লাপ্পা লৈরুবনা তৌখ্রিবা লালডু উহৌদ্রে। মখোয়না ভোপকী ঙংবদি তাম্নমই

অমসুং মৈত্তাশস্ত উরমই। অদুদগী অ-ইংদু তুমিন্না লৈখ্রে। পূমমম্ মমলমই। জাপানিজগী ডিষ্ট্রোইয়ার মরিক্ত ভিলাদা মী অমসুং অতৈ মপোৎ মচৈ পাখে। কেক্ক অমম্বদা ঈশিং নত্তনা করিস্ত উরমদে। মাগী রেডিওদস্ত মিন খোংবা নত্তনা করিস্ত তারমদে। মাগী মমায় চুম্নবা চাকা অদুগী ময়াদ' ভাইডুনা তুমিন্না জেক্কা য়েংলমই।

## করি ওয়রি?

লোক ১৯৪৩ গী অগষ্টকী তাং ২ নিংথৌকাবা নুমিৎকী পুং ২ তাবা মতমদি। এনসাইন রোসনা মাগী বাইনোকিউলার অদু পাযদুনা অমম্বদা য়েংলমই। স্টার্কিনা আর্ম্মিগান অদুগী মনাক্তা লৈরমই। কেনেডিনা মমাই চুম্নবা খুৎলাই পায়রমই মাগী মাক্তা এনসাইন তম্ব কোকপিটত লৈরমই। মগাইয়াবনা রেডিও শেন্নরমই। মেকমোহোন্না ইঞ্জিনগী কাদা লৈরমই। মাউর অমসুং জিনসরস্ত কোকপিটতা লৈরমই। মারনি, হেরিস অমসুং আল-বার্টনা নোংমৈ শেন্নরমই। জনস্টোন অমসুং কার্কসিনা টোর্পেডো শেন্নখি।

মখোয় পূম্নমক মুন্না য়েংদুনা লৈরমই। থংহৌদনা এনসাইন রোসনা অমুবা পোৎ অমা মখোয়ম্বোমদা য়াওনা চংশিল্লকপা উখি। মাদিনা লালগী জহাজ অমা অহিং পুং অনি তাবদা লাক্লে হায়দুনা লাওরকই। জেক্কা ভঞ্জিন কল্লা গো হায়দুনা পাও পিরকই নোংমৈ মায়গী মতম লৈরমদে জাপানিজ আষ্ট্রোয়ার "আমাগিরি" না পুংদা নোত ৩০ য়াওনা চংশিল্লক্লুনা পি, টি, বোট ১০৯ অদু ময়াইদা

চপ চানা অনি থোক্না খায়দোক্লে। মার্নি অমসুং কার্কসি অনিদু হিংহৌবশিংগী মরক্তা য়াওদ্রে। জেকপু মথক্তা বাংনা হুনগৎলগা থাদরমই। মাসিদা মাগী মখাং শোক্লমই। মাগী অকোয়বদা পেট্রোল চাকপদু ডরমই। মানা খল্লমই—"শিব হায়বদু অসি ওইরে।" ওহাক লৈরগা মানা হৌগৎতুনা য়েংবদা মী ৫ অমগা উরে। মখোয়না অতোপ্পা তরেং অমা মাঙলিবসি কৌরমই।

তেরিসনা মেকমোহন থিনা চাক্লে হায়রদুনা কেনেডিদা লাওরকলমই। কেনেডিনা ঈরোইদুনা চংলমই অমসুং য়াম্না য়ানা মখোয় অনিবু হংকায়না ঙি মতেক কদু তাম্না পুরক্লমই। এমসাইন টোম অমসুং রোলনা মী অহুম অমসু কল্লমই মখোয়গী মী ময়াম খোমজিনবদা পুং অহুম চংই। পুংখাই অমা চাইনা কার্কসি অমসুং মানিবু থিরমই। অসুম অসুম তৌরিবৈদা মোংঙাল্লক্লে। জেক্না উরে মখোয় জাপানিজনা লৌবা দ্বিপ কোলমবানগালা, ভেলা, অমসুং গিজোগী মরক্তা লৈরে হায়বসি মখোয় তরামাথোই অসিনা মখোয়বু কননা থুনা লাক্কনি খল্লমই, অদুবু অরেম্বা তাখি। করি তৌরবনো হায়রদুনা মখোয়না য়াম্না ওক্লখি।

## জেক্না করম্না মাগী মীশিংবু কনখি।

জেক মীনুংশি খঙবা লুচিংবা মীনি। অরাবা তারবা কান্দা মানা অপাম্বদু মীওোন্দা নমদুনা তৌ হায়রমদে। মানা অপাম্বদু মুম্না মীওোন্দা ভাব তাহল্লমই অমসুং মী অতৈনা তাকপসু মানা তারমই। কেনেডিনা অসুম্না হায়রমই "এখোয় তৌজিক জাপানিজনা

কোয়শিন্দুনা লৈরে। পি, টি, বোট শিংনা ঐখোয়বু কনবগী আশা লৈতে। ঐখোয়না য়েরুবগী মথুক্তা চংজগদ্রা নত্রগা মখোয়গা লাল থেংনগত্রা ?" মখোয় পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈরমই। অমগা অমগা য়েংনরমই। মখোয়গী মরক্তা অমনা হায়রমই, "মিস্তর কেনেডি নংনা ঐখোয়গী লুচিংবনি, নংনা তৌনিংবদা হায়বিয়ু "

মখোয়না তোংলিবা অকায়বা হি মচেৎ অদু অসুম অসুম লুপথরকলমই। মরমদুনা মখোয়না ঈশিংদা চোংথদুনা ঈরোইবা তারমই। মেক মোমোচনগী লাইফ বেল্টকী লং-মরি অদু কেনেডিনা ময়ানা চিক্লগা মানা লমজিংদুনা ঈরোইবা তৌরক্লে। জাপানিজ শিংনা পিকমন্দুনা পৌওইদ্রিবা অপিকপা দ্বিপ মচা অমদা মখোয়না পুং ৫ চুপ্পা ঈরোইরবা তুংদা থুংখ্রে। মুংগিলগী পুং ৬-৩০ তারে —মমশিল্লকলে।

মখোয়না অহিংদা দ্বিপ অদুদা লৈবসি য়াম্না থুদোং থিনিং-ঙাইনি। মরমদুনা জেক্লা অমুক ঈরোইদুনা লানজাবা লাকপা পি, টি, বোট থেংনবরা য়েংগে হায়দুনা থোরক্লমই। মখোয় অতৈনা মাবু খামলমই। পুং ১৫ ঈশিংদা ঈরোইরুবা তুংদা অমুক্তা ঈশিংদা লৈবদু তৌগন্নু হায়রমই। কেনেডিনা মখোয়বু কনবসি মাগী মথৌনি হায়রমই। মরমসিনা মানা ঈরোইদুনা য়েংলমই, অদুবু অহিং অদুদা পি, টি, বোট অমত্তা লাক্ত্রে। মানা অমুক হল্লকপদা রামমখিবনা লমথাংদা মহাক রাস্থরে জ্ঞান তাদরে—অদুবু লাইবক ফবনা নোংঙাল্লমদাইদা নুংশিৎনা পুদুনা দ্বিপ অদুদা থুংলরে। জেক্লা

য়াম্না বানা জ্ঞান তাৎক্লুনা তোর্ব্বান্দা কাখৎলে। মাগী মী ময়াম্না মাবু ঈরাক্লদুনা শিংখ্রে নল্লগা সার্কন চাপ্রে খল্লমই। মাবু উবদা মখোয় পূন্নমক চোংথোরক্লুনা ঈশিংদগী চিংখৎলে। জেক্ক এনসাইন য়োসপু অহিংদু অমুক চাং য়েংউ ছায়্যরল্লগা অমুক বাস্তখ্রে।

## শিংখ্রে হায়না নিঙলে।

জেক্কা মাগী মীশিংনা মথৱাই হিংনবা ঈশিংদা তাপ্তদুনা তোংনবসিদা কনাগুম্ব অনন্তনা মতেং পাংদ্রিনা করিগীনো? অহিং অদুদা পি, টি, বোট ১০৯ গী মীবু কন্নাবা পি, টি, বোট অমত্তা লাক্কিবা করিগীনো? আমাগিরিনা পি. টি, ০৯ বু অনি থোক্লা থুগায়খা মতমদা পোখাইদুনা পেট্রোল মৈ চাকখি, মতুদা মেকমোহন য়াম্না থিনা পোক্লমই। অদুগা অতৈদি অচাকপা পেট্রোলদগী লাপ্না চেম্প্রোকখি। জাপানিজগী ডিস্ট্রোয়ার মরিগী ইকোন কোনবা অদুগা লুপথরক্লিবা পি, টি, বোট অদুগী ময়াদ চৎপা মতমদা নোংমৈ কাপশিল্লমই। অদুদগী খরা লৈরগা মৈমিক্ত নেমথখি। মী পুন্নাক্লা পি, টি, ১০৯ লুপখ্রে অমম্বুং মাগী মী পুন্ননক শিংখ্রে গাবন খল্লমই। পি, টি, বোট অতৈনা মখোয়গী হৌরকফমদা হনখ্রে অমম্বুং পি, টি, ১০৯ মাগী মী ১৩ গা কোম্নানা মাঙখ্রে হায়না পাও পিরকই।

পি, টি, ১০৯ গী মীশিংনা মথৱাই হিংনবা লাক্কিরিঙে অসোমদা পি. টি, বোটতা মখোয় শিখিনগী উৎসপ তৌরমই। জেক অমম্বুং মাগী মী ১০ গনা মথৱাই হিংনাবা চিনজাক থিরকই। থক্লবা ঈশিং ফংলমদে। যুবী ফাওব ফংলমদে। অহিং অদুদা য়োসনা ঈরোইদুনা

অমুক পি, টি, বোট থেংনব্রা য়েংলে—অদুবু অমত্তা উমদ্রে। মচুংগী অয়ুক্তা অমুক অতোপ্পা দ্বিপ অমদা চংনবা থোরাং তোরহুদা পুং অহুম চুপ্প ঈয়োইরবা তুংদা মখোয়না দ্বিপ অমা থেংনরে।

নুমিৎ হুননি অমস্তুং অগিং অহুন মখোয়না মখোয়বু মতেং পীগদবা মী অমস্তুং মখোয়গী চিঙ্গাক থিরমই মখোয়না অসুম্না চৎপদা জাপানিজগী প্লেন্ন উদনবা নাপি মরক্তা লোংলমই। আগষ্টকী তাং ৬ তা দ্বিপ অদুদা লৈবা মেলেনিশিয়ান অনিমা মখোয়বু থেংনরমই। মখোয়না হি মচা অমা পীরমই। জেক্লা য়ুবী অশংবা অমদা থাংনা অসুম্না হক্লমই।

## নাওরু দ্বিপ

লমসিদা লৈবা মীনা খঙই—মখোয়না অসিদা লাকপা ঙমই। ঐখোয় ১১ হৌংলি। হি মচা অমা দয়কার ওই।

কেনেডি।

কোনেডিনা পাও অসি মখোয়গী মীদা য়োগদ্রা চিংনরমই, মাগী মীশিংনা নিংবা কায়রমই। অদুবু কেনেডিনা অফবতা খল্লমই অমস্তুং থবক মহে য়ানগনি খল্লমই। আগষ্টকী তাং ৭ তা দ্বিপ অদুগী মী কাংবু অমনা অয়ুক্তা হৌদোক্লমই। মখোয়গী মরক্তা অমনা ইংলিসনা হায়রমই মদুদি মাগী চিঠি অম লাক্লে হায়না। কেমেডিনা মখুং নিকলমই অমস্তুং য়োসনা মনমগন্না পোপ পোপ ফুরমই। মখোয় থুদিংমক নোক্লমই।

জেক্না হি মচা অদুগী মনুংদা উনানা কুপশিল্লগা চৎলমই। জাপানিজগী প্লেন্না নেম্না নেম্ন! পায়রমই। অদুবু জেকপু উবা ফংখিদে। মানা বেস য়োদুনা পি, টি, ১৫৭ পুরগা মাগী মী পুন্নমক কনখি। মখোয়না শোক ১৯৪৩ গী আগষ্টকী তাং ৮ দা রেনডোভা য়োৱমই। পাওগী মীওয় কয়ানা জেকী মথৱাই হিংদুনা লাকপগী ৱারি তানরে। জেক অমসুং মাগী মীনা শিরুবদগী হল্লক-পদা ময়াম্না চৱাওনরে। জেক্না মবুক্না নুংভায়রমদে—মরমদি অতৈ পি, টি, বোট শিংনা মখোয়বু থিরমদবগী। মখোয়না থিরম-লবদি অৱাবা ময়ামসি থোকলমওইদবনি। মখোয়গী কামাণ্ডর ক্লাস্তরনা হায়রমই মদুদি—মখোয় পুন্নমক শিখ্রে হায়না খনলমই।

## জেক মথৌনা ফবগী মনা পীরমই।

অঙকপগা লোয়না জেক্না মাগী মীশিংগা লোয়নন হিংলকপগীদমক চৱাও কুম্মৈ তৌরমই। জেক্ন মথৱাই হিংনবা অমসুং মাগী মীশিংবু কন্নাবা হোৎনরকপগী ৱারি মফম পুন্নমক্না শন্দোক্রমই। মাগী মথৌনা অমসুং মথৌ মশক খঙবগীদমক মাবু মেডাল পীরমই। মথক্কী অফিসর শিংনা জেকপু মাশা খরা ফগৎনবা য়ুমদা চৎলো হায়বদা মানা য়ারমদে। অতোপ্প পি, টি, বোট অম' পুদুনা চৎকদবনি হায়জখি।

সেপটেম্বরগী তাং ১ দা থবক অমুক হৌরমই। পি. টি, ৫৯গী কামাণ্ডর ওইরমই। বোট অদু শেম্বা খর লোয়ফাওদুনা থ অমরোম জেক্না পোত্থারে। ওক্টোবর থাদা অমুক লান চংলে—অদুবু

অফবা থবক থোইনা তৌবা ঙমলমদ্রে। নোভেম্বরগী তাং ১৮ দা মহাক অমুক মেলেরিয়ামা নাদুনা হোসপিটালদা লৈমরই। অদুগী তুংদা মাগী মশা অদু অসুম ফচিল্লক্লদুনা শোক ১৯৪৩ দা অতোপ্পা হোসপিটাল অমদা হেংলমই। থা খরগী মতুংদা অমুক হন্না বোস্তনগী সহর মনাক্তা লৈবা নেভেল হাসপিটাল কৌবা মফমদা লাক্লুনা অনাবা য়েংখি।

## জেক্কী ময়াম্ব জোর্ড শিবা

শোক ১৯৪৪ গী আগস্টকী তাং ২ দা পি, টি.—১০৯ মাংখিবগী নিংশিংবা থুমস্তা জেক্কী মপানে জোর্ড শিবগী পাও ফংখি। জেক্লা অঙকপগা লোয়নননা হল্লকপগুম্না জোর্ডসু হল্লকদবোই নিংলমবনি অদুবু হল্লকখিদ্রে জর্মনগী ভি ২ রোকেট বোম থুগাইনবা ফ্রান্সতা পাইবদা জর্মন্না কাপলক্লুনা জোর্ড শিখিবনি।

শোক ১৯৪৫ ফাওবা জেক হোসপিটালদা লৈখি। মমৈথংদা চৎপা খোৎপদি ঙমলে, অদুবু পূমক্চবদি ওইদ্রে। বাশিংতন্দা মানা নেভি বোর্ডগী মমাংদা চৎলমই অমসুং লালগী সার্ভিসতগীদি তোকলে। আমেরিকান সিফাইনা লাল জয় ওইবগী হরাওদুনা কিরাল চিংথৎপা মতমদা জেক্কি য়াওবা ঙমখিদে।

আমেরিকাগী লানমা কোটি ১৬ কী মনুংদা লাখ অহুমলোম হাৎখি, লাখ অমরোম শোকখি। জেক কেনেডিনা চহি অমরোম লান য়াওরমই। অর-অনা কয়া নংখি। চয়োল অমগী মনুংদা মহাক শিগদবা শন্নাদা লিংপা অনিরক য়াওখি। মাগী মরাইবক

অস্থক ফরিবসি করিনো? ঈশ্বরনা কেনেডিবু অরা-অনা নংউ হায়দুনা থারকপা নত্তে। তোইগুম্বস্থং পৃথিবীবু অমস্থং তাইবং মীবু সেবা তৌ-হায়দুনা থারকপনি। শোক ১৯৪৩গী মেগী তাং ২দা অশোকপা মী অমবু লাইফ বেল্টকী লং-মরি ময়াদা চিক্তুনা অতোপ্পা দ্বিপ অমা তাম্না পুরমই। চহি কুন লৈরগা শোক ১৯৬৩গী নভেম্বরগী তাং ২২দা অরাবা তারবা পৃথিবীবু তপ্পা, নুংঙাইনা অমস্থং নিঙ-খা তম্না লৈননা হোৎনবদা মথরাই থাখি। কনাগুম্বা মী অমনা মানা তৌগে নিংনদু ফনা মশাগী থুদোংথিবা লৈদুনস্থ তৌবা ঙমই হায়বসি মানা পাজথিবনি।

## III রাজনীতিদা অহানবা পুন্সিগী শরুক

পৃথিবীগী অনিশুবা লানজাও লোইরে। শোক ১৯৪১দা জর্মনগী লান্মী চন্দোকখ্রে অমস্থং জাপানিজশিংনা মথং মথং দ্বিপ অমদগী দ্বিপ অমদা চন্দোকখ্রে। পৃথিবীগী মী পুম্নমক লানগী মৈথুনা চোকথরম্বদু তৌজিক্কি মরা তপ্পা অমস্থং ঈংনা পাম্নবগী লম্বী থিরকলে।

## কেনেডিদি কমদৌরি?

মশক মতৌ ফজবা চহি ২৮দা ঙাইরিবা জেক হৌজিক লাইরিক লেংবা অমা ওইনা মমিং চংপদা নত্তনা ঈনাক থুনবা অমস্থং লান্দা থোনা ফবা মিশক অমা ওইনা মমিং চংলে। মানা পামজরবদি যুমদা ফমদুনা নুংঙাইনা চাদুনা লৈবা য়াই

অদুবু মানা পৃথিবীগী কান্নগদবা অচৌবা থবক অমা তৌগে থনখি। মরম অদুনা মাগী তুংগী শিন্থাগী মরমদা মুন্না অমসুং কুপ্না খনবা হৌরকলে। মাগী মশা কয়া ফত্তবগা অমসুং ময়াংলেন্দা অনাবা অমা লৈবগা তৌজিক্কীদি লাইরিক্কী থবক তৌবনা ফগনি খল্লমই। মানা নিউয়োর্কতা চৎতুনা ইন্টরনেসনেল নিউজ সার্ভিসগী রিপোর্টরগী থবক তৌখ্রে। শোক ১৯৪৫ দা মাবু সাল ফ্রান-সিসকোদা ইউনাইটেদ নেসন্সগী মিটিং পাও তম্নবা থারমই। জাতি ৫০ য়াংখৈনা তিনব সভানি। মখোয়না লৈবাক মরা তপহনবা অমসুং লান থিংবা ভুমগনি খল্লমই। জেক্লা মদু চিংনরমই অমসুং অদুম তায়না পাও থাখিরমই। অদুগী তুংদা মাবু ইউরোপ্তা থারমই। তোঙান তোঙানবা লৈবাক্তা চৎতুনা তোঙান তোঙানবা জাতিনা শেমগৎ শাগৎলিবদু য়েংলমই। মানা ইংলণ্ডগী পার্লিয়া-মেন্টগী মীখলগী মরমদা পাও থারমই। মানা ইউরোপ্তগী হল্লক-লগা রিপোর্টরগী থবক্তু থাদোকলে।

## করিগীনো?

রিপোর্টরগী মথৌদি পাও তম্বনি অদুগা পাও অদুদি রাজনীতিগী মীওইনা শেম্বনি। মরম অসিদগী আমেরীকাবু ফজনা সেবা তৌগে হায়রবদি রাজনীতিদা চংবনা চুমই হায়বসি জেক্লা খনখি। অসিগী মথক্তা মাগী কোলেজগী অপাম্বা বিষয়সু রাজ-নীতিনি। মাগী রাথল অসিদা কনাস্থু মতোন্দা অপনবা পীদ্রে। মাগী মপু, মপা অমসুং ময়াম্বা ফাওবা অকাওবা রাজনীতিগী মীওই

ওইখি। জেক্কী ইমুংনা জেক্কীময়াম্বা জোউনা মতম অমদা আমেরিকাগী প্রেসিডেন্ট ওইরবা য়াই হায়না থাজরম্বনি। অদুবু লাইবক থিবদগী জোউ শিখ্রে। মরমদুনা জেক্কা ইমুংগী মঙ অদু চুমহনগে হায়না নিংখি। ময়াম্বগী অয়াম্বা থবক মানা তৌখ্রে। মপানা কেনেডিগী রাথল অদু উবদা য়াম্না হরাওরে। রাজনীতিদা খোংদাবসি শেল য়াম্ন' চঙই। অদুবু কেনেডিগী ইমুংদি মতিক চানা শেল পায়বা ইমুংনি। মরমদুনা মাগী অৱাংবা আশাদু থুংবগী থাজনিংঙাই অমা ওইখি।

আমেরিকাগী আইন সভা অনি লৈ। অমনা হাউস ওফ রিপ্রেজেণ্টেটিভ, অমনা সিনেট। অহানবগী অসিদা মেম্বর ৪৩৭ লৈ। মেম্বর খুদিংমক চহি ২৫দগী তারা য়াদে অমসুং চহি ৭ চুপ্না আমেরিকাগী প্রজা অমা ওইগদবনি। সিনেটকী মেম্বর ১০০ লৈ। ষ্টেট ৫০দগী মীহুৎ অনি অনি থনগদবনি। মেম্বর অমনা য়ামদ্রবদা চহি ৩০ শুগদবনি অমসুং চহি ৯ আমেরিকাগী প্রজা অমা ওইগদবনি। আমেরিকাগী মপান্দা পোক্লবসু কংগ্রেসকী মেম্বর ওইবা য়াই। সিনেটর রোর্বট ওয়েগনার নিউয়োর্ককী মিহুৎ ওইরবসু জর্ম্মনিদা পোকপনি। কালিফোর্নিয়াগী মিহুৎ ডি, এম, সাউন্দ ভারততা পোকপনি। হাউস ওফ রিপ্রেজেন্টেটিভগী মেম্বর চহি অনি অনিদা খল্লি, অদুগা সিনেটকীনা চহি ৬তা খল্লি। মেম্বরশিংমা হন্না হন্না ইলেকসন লেপ্পা য়াই।

চহি খুদিংগী জানুযারীগী তাং ৩দা কংগ্রেস ফম্বা হৌগনি অদুগা থা ৬ চৎথগনি। প্রেসিডেন্ট অমসুং মাগী কেবিনেট

মেম্বরসিং কংগ্রেসকী মেম্বর ওইদে। বিল পূম্নমক কংগ্রেসনা পাস তৌগদবনি। কংগ্রেসতনা শেল লৌখৎপা ঙমই, শেল খরচ তৌবা ঙমই অমসুং শেল মরম চানা য়েনথোকপা ঙমই। প্রেসিডেন্টনা হাপ্পা ফমশিংদু সিনেটনা অয়াবা চে পীগদবনি। অতোপ্পা জাতিগা তৌনবা য়ানা চে শিংদু সিনেটনা অমুক অয়াবা চে পীগদবনি।

## রাজনীতিদা অহানবা খোংথাং

শোক ১৯৪৫ গী নভেম্বর থাদা কংগ্রেসকী মেম্বর ওইনবা মমিং পিথৎখ্রে। কেনেডিগী চমুংনা থবক খুদিংমক য়ারিবমখৈ খুাইদগী ফবা মওংদা তৌবা পামলমই। মখোয় পূম্নমক থা কয়ামুক মাংজৌননা থবক তৌবা হৌখ্রে। মাগী লাম্বাশিংনা মাবু অমৌবা মীনি হায়দুনা নোকলমই। অদুবু মমৈগংদা মাগী অশিংবা থবক মশিন অদুদা ঙকলমই।

অহানবদা থবক পূম্নমক শিন্দোকলমই। অমিশুবদা মী পূম্নমক মাবু মতেং পাংবিয়ু হায়রমই। অতুমশুবনা ঈকায়খিবা অমসুং মায়শেংনবা থাদোকলমই। কারখানাদা গুদামদা, হাজামগী শম কককমদা চংদুনা মীশিংদুগা রা ভাংনবা হৌখি। অসিদগী তেন্দুনা মুপীশিংগী মশক শেম্নবা দুকানশিংদা চংদুনা মুপীশিংগা রারী শাবা তৌখি। মখোয়না চা-পার্টি চামা-চামা তৌখি। মতুদা ক্রেক্লা মী লিশিং লিশিংদ রা ভাংখি। মানা মী অতৈবু খক হুন্দে। মাগী অপাম্বা অদুদ মানা ভাংলমই। মাগী মীশিংমা

পিটি ১০৯ গী য়্যারী, কয়মদোনা মানা মাগী মীশিংবু কল্লকপা অমস্তুং মাগী লুচিংবা মী ওইবগী মথোমা পূম্নমকসি উৎতুনা চে ফোংলগা ময়ামদা য়েনথোকলমই।

## অহানবা রাজনীতিগী জয়

কন্না নোমজবগী মহৈনা অমস্তুং মরমচানা শেল চাদিং তৌথোকপগী মহৈন জেক কেনেডিনা ইলেকসন জয় ওইরে। মানা ভোট ২২,১৪৩ ফংলে। মসিগী তংখাই যং.না মাইক নেভিলনা অনিশুবদা ওইরে। ১৯৪৭ কী জান্নুয়ারীদা জে,এফ কেনেডিনা ওয়াশিংটন্দা হাউস অফ রিপ্রেজেণ্টেটিভকী মেম্বর ওইবা হৌখি। মানা এডুকেসন অমস্তুং লেবরগী কমিটিদা য়াওরমই। মানা ভোটরশিংদা হায়খিবা বা অদু ভাকুবা হোৎনরমই। থবক শুবা মীগী তলব হেনগৎপা অমস্তুং পোৎকী মমল তাহনবা অসি মামা কন্না হোৎনরমই। মানা মতম অয়াম্বদা মাগী ভোটরশিংগা তোৎন-তিন্নরমই। মথোয়গী বাকৎ-চে অমস্তুং হায়জ-চে লৌনবা মী ওয়াশিংটন অমস্তুং বোস্তন্দা অফিস অনী থনজখি।

হৌজিক জেক কোলেজগী ছাত্রগুম্না মশা নহা ওইবনা কংগ্রেসকী মী অমত্তুনা মাবু গৌশাবিরমদে। অদুবু থুনমক মানা চহি ২৯ দা শুরবস্তু কদায় কাওবা থবক তৌবা ভঙ্গে হায়বদু মেম্বর পূম্নমক্তা উৎলমই। কোলেজ ছাত্রদ অমস্তুং কারবার বালাদা মথল মথলগী লেকচর পীবসিনা মাগী মথৌ ওইখি। চেম্বর অফ কোমর্সনা কেনেডিবু ১৯৪৭ কী থাইদগী মীপোই মীহেনবনি হায়না লাওথোকখ্রে।

জেক কংগ্রেসতা ময়াম্না য়াবা মী হায়নবদু ওইরকলে ভোটর শিংগী অৱাৎ-অপাগীদমক মানা য়াম্না কন্ন হোংনবা মরম্না মখোয়না মাবু য়াম্না য়ারমই। শোক ১৯৪৮ অমসুং ১৯৫০ দসু মাবু অমুক চন্না খল্লমই। মানা অহুমশুবা মীথন্দদি শেল ইতিং তিংদনা কাখি। মসিগীদমক মানা চাউথোকনিংঙাই অম ওইখি।

## মাগী য়েক্লবদি কমুৎনিজমনি।

শোক ১৯৪৮ গী অরোইবা ফাওদি ইউরোপ্তা ইংনা লৈবদা থোইনা অকাইবা লৈরমদে তৌইগুম্বসুং চিনাদা মাওসেতুংগী কমুৎনিস্ত লান্মীনা চিয়াংকাইসেখকী লান্মীবু তান্থোক্তুনা শোক ১৯৪৯ গী জানুয়ারিদা চিয়াংকাইসেখনা ফোরমোসাদা চেনখি। জেক কেনেডিনা অমেরিকাবু চিয়াংবু মতেং পিদবগী শাওরমই। শোক ১৯৫০ গী জুন থাদা কোরিয়াগী লাল তৌরে। অৱাংলোমদগী কমুৎনিজম শন্দোকপা থিংনাবা সাউথ কোরিয়াবু মতেং পাংনবা আমেরিকান লান্মী থাজিনলমই।

আমেরিকানা থা-নোংপোক্তা কমুৎনিজম শন্দোকপা থিংনবা হোংনরিবৈদা রুশিয়ানা ইউরোপ্তা কমুৎনিজম শন্দোকপদা থুৎলাই শিজিন্নগদ্রা হায়না নুংশা থিনরে। আমেরিকাগী মী অয়াম্বনা ইউরোপ্তা সিফাই থাবা পামলমই। কেনেডিসু মসি পামলমই। অদুম্নাদ ওইরগা অশেংবা ফিবম খঙবগী দরকার লৈরমই মরমদুনা মশাগী খরচ তৌজদুনা কেনেডিনা চয়োল অমুক ইউরোপ্তা কোয়

## জেক্কা গোভর্নর ওইয়ু য়াদে।

শোক ১৯৫২ চহি তরুক হাউস অফ রিপ্রজেন্টটিভ ওইরব তুংদা জেক্কা থবক মথা চৎথবা পামলকলে। ছাত্র কাররবার বালা অমসুং মীয়ামদা রা ভাউদুনা জেক্কা মশাবু মী পুন্নমক্তা খঙহল্লক্লে। মতম অদু অচৌবা ফম অনি হাঙলমই। ম্যাসেচুসেট কী সিনেটর নত্রগা গোনভর্নর ওইবা য়ারবনি। অহানবগী মসি ওইরগা চহি তরুক কংগ্রেসকী মেম্বর অমা ওইনা লৈগনি, অদুগা অকোনবগী অসি ওইরগা চহি অনি অনিগী ওইনা কেম্পেইন তৌবা তারমই। প্রজা পুন্নমক্তি জেকপু গোর্ভনর ওইহন্নিংই, অদুবু জেক্কা সিনেটর ওইনিংলমই। মরম অদুনা ময়াম্না হায়বদু মানা য়ারমদে।

এপ্রিল থাদা জেক্কা মাগী অপাম্বদু ময়ামদা খংহল্লে। সিনেটরগী মীখলগীদমক শেম শাখ্রে। হান্নবা মেম্বর ওইরম্বা হেনরি কেবেটনা মাগী লাম্বানি। জেক্ক কৌবদগী মাগী ময়াম্বা মচল অমসুং অতে মী লাক্কুনা মাগী মতেং পাংবা হৌখ্রে। হন্দক্তি খরা লুনা থোক্কদৌরি, হায়না খন্দুনা য়াম্না কন্না মী খোম্ব হৌখ্রে। থা নিপাল রাংলিংডেদগী হৌনা কেম্পেইন হৌখ্রে।

## জেক্কী অরোনবা থুৎলাই।

চয়োল অহুমগী মসুংদা মুপী ৪০০০ চা-পাটি য়াওনবা বার্ক্তোন তৌরমই অমসুং পুং অহুমগী মসুংদা মুপী ৪০০০ গা কেনেডিগা চা থকমিন্নরমই অমসুং খুং নিক্করমই। অসিগুম্বা চা-পাটি অতেশু য়র হৌরমই। তোঙান তোঙানবা জাৎ, ধর্ম্মগী অমসুং অচৌবা

কম পাইবা মুপী ৫০০০০ কেনেডিগা উনরমই। অমুন তৌবা অসিবু জেক্কী অরোনবা খুৎলাইনি হায়নৈ। তশেংনমক মশি য়াম্না কনবা খুৎলাইমি। হায়নবা পাওরো নৈ—খ্বাইদগী থুবা পাওগী খুংলাইশি টেলিফোন, টেলিগ্রাফ, টেলিভিসন অমসুং টেল-অ-উমেন নি। মুপী ময়াম অদুনা হরাওবগা লোয়ননা চা-পার্টিগী মরমদা চয়োল কয়া চুপ্পা ভাউনরমই। মথং মথং মাগী মাগী মরুপ মপাং মরী মতা শিংদা চিঠি ইদুনা মুপী লিশিং লিশিং জেক্কী মীথল লেপ্পদা পুক্লিং চংলমই। অমুম তৌবসি মমাংঙৈদা অমুক্তা থোকখিদ্রি।

মসিমাস্থ অরোইবা নত্তে—জেক্কা সহর ৩৫১ গী মনুংদা ৩১১ দা চৎলমই। মানা নোংমদা তরুকলক রা ভাউখি। তোঙান তোঙানবা স্কুল. কোলেজ, মুপীগী ক্লাব, কারখানা অসিনচিংবদা রা ভাংলমই। অমুম তৌনা মানা মী .,০০০,০০০ লাখ তরাদা রা ভাংলমই, অমসুং মী ৭০০০০ গা থুৎ শোক্নরমই। আমেরিকাগী প্রজা খুদিংগী মুংভাইয়াইক্কনবা মনিংমথা তম্না লৈনবা অমসুং য়ারিবমখৈ লাইবক-থিবা য়াওদনা লৈবা অমসুং মী খুদিংনা মচা মশুগী মহৈ তমহনবা ভম্বা অসি মাগী অশানি।

অয়ুক পুং ৭ৱ্রদগীনা মুংদাংগী লোংয়াই ফাওবা মানা থবক তৌরমই। মপানগী ঈ পাও লৌবা পন্দনবা মানা রেল গাড়িদা চৎলবসু, প্লেন্দা চৎলবসু পাও-চে পাবা তোকমলদে। চয়েল খুদিংগী নোংমগী পাও-চে ৬, চায়োলগী পাও-চে ৭ অমসুং লাইরিক ৪ পারমই। চয়োল খুদিংগী ওয়াশিংটনদা চংহুনা কংগ্রেসকী নংওইবা

মিটিন শাওরমই। লাইবক থিবনা অসি পুম্নকসি জেক্কা য়াম্না কা হেন্না বাবা অমা থোকলে। মাগী ময়াংলেনগী বেন্না অচু অমুক হৌরক্কুনা চৎপদা চৈশুগী মতেং লৌবা তাখি।

## জাপান্দগী অঙকপা পাও।

শোক ১৯৫২গী ওক্টোবরদা জেক্কা য়াম্না অঙকপা অমা ফংল-ই। আমাগীবি হায়বা জাপানিজ ডিষ্ট্রোয়ার অচুগী কামাণ্ডর কহৈ কানামিদগী পাও-চে অমদা লেফটিনেণ্ট জোহন কেনেডিনা পি, টি, .০৯দগী হিংলকপগী বারী পাখি। মামা কেনেডিদা হরাওবা ফোংদোকপা চে হন্নকলমই। মাবু সিনেটরগী মীখলদা মঙ্গল ওইযু হায়রমই। কেনেডিনা পাও-চে কয়ামুক্ত চিঠি অসি কোংহল্লমই। আমেরিকাগী ভোটর লিশিং লিশিংনা মাগী থৌনা ফবগী বারী অমসুং মাগী মীবু কমদোনা কল্লকপগে হায়বগী বারী পানখি।

মমৈথংদা মাগী কেম্পেইন লোইখি অমসুং ভোট ১২০৭১০৫ ফংদুনা কারমই। মাগী লাম্বা হেনরি কেবোট ভগী ভোট ৭০০০৭ হেল্লমই অমুক হন্না কেনেডি ইমুংনা মঙ্গল ওইরে। কেনেডিগী সিনেটকী থোং হাংলে। শোক ৯৫৩গী জানুয়ারীগী তাং ৩দ মামা সিনেটরগী ফম লৌখি। চহি ৮ লৈদুনা থবক তৌরমই।

## IV লাল অক্রম।

জেক্কা পৃথিবীগী লানজাও অনিশুবা য়াওরুদুনা থৌনা ফ অমা ওইনা মমিং চৎখ্রে। অদুগা তুংদসু মামা শোক্লগদবা লা

অহুম লৈরি। করিগুম্বদা ইরাইলাইনা জয় ওই, অদুগা কমিগুম্বদা খরা রাগা থোকই। অদুম ওইনমক মমৈথংদদি মানা জয় ওই।

## লুহোংবা।

জেক হৌজিক সিনেটর অমা ওইনা চহি ৩৫ দা ডাইরি। মশক্ক মতৌ ফজবা, মীনা য়াবা মী অমা ওইরি। হৌজিক ফাওবা মমুম পান্দ্রি নুপী কয়া কয়ানা ঈনাকস্ত খুল্লবা; মশকস্ত ফজরবা সিনেটর অসিবু মচা নুপী পিনিংথি। অদুবু মখোয়গী অশা লৈরমদে। মরমদি জেক্না হান্নগা জেকেলিন লি বুভিয়াবু খনখ্রে। মানা জেক্কুগী চহি ১২ নৌরমই। শোক ১৯৫২ দা মরুপ অমগী মমুমদা পাটি অমদা জেক্না জেকেলিনগা উনখি। মতম অদু জেকী কংগ্রেসতা অহুমশুবা চহিনি। মখোয় অনি অহানবা উন্নবদা অমনা অমবু পান্নরমই। জেকী রাজনীতিদা থবক চিনমমখিবনা মুংশি-মুংঙোমগী রাখল তৌনবা মতম ফংলমদে। অদুম ওইনমক জেকেলিন্না কেম্পেইন চৎপদা জেকী মতুং ইল্লমই অমসুং হেনরি কেবোটপু মাইথিবা পাদুনা জয় ওইবদা মানা য়াম্না হরাওজখি। জেক্না শোক ১৯৫৩ দা সিনেটর ওইবা কান্দা জেকেলিন্না কলেজ তম্বা লোইদুনা ওয়াশিংটন্দা পাও-চেগী থবক অমা ফংলমই। জেকেলিনগী চয়োলগী তলব লুপা ২১০ রোমনি। মাগী মমুমদদি লুপা মিলিয়্যন ৩/৪ পিবনি। মসিদা মী অতৈমা ভক্লরমই। মহাকপু জেককুম্না ঈনাকথুমবা ইমুংদগী লাকপনি। মখোয় অনিমক ওয়াশিংটন্দা লৈরবনিনা করি-গুম্বদা ফিলম য়েংবা হেক হেক চৎমিনরমই। ময়ামগী ওইবা পাটিদা

অমুক্তা মখোয় অনি পুম্না লৈরমদে। কদৌইঙেদসু মুংশি চিঠি ইরনমদে। অমুক্তংদি মামা বর্মুডা দা লৈরিঙৈদা মানা কার্ড অমম্না অসুম্না হায়রমই—"নং অসিদা লৈরম্লবদি মুংঙাইনিকে!" জেকেলিন্দা মানা থাবা লাইরিকসি অয়াম্বা ইতিহাসকী পাংগরিক্লি। জেকেলিনগী পাও-চংদা "পাও খোমজিনবা কেমেরা মুপী মচা" হায়বা কলাম অমা য়াওরমই। মদুগী মচাক লৌনবা জেকেলিন্না সিনেটর জেকপু উনবা লাকখি কলাম অসিদা হাপনবা মী মখলগী রাজনীতিগী মীওই, কলেজগী ওজা, গাড়ি পোৱা মী, য়ুম পুবী নুপী, স্কুলগী অঙাং ফাওবা উনবা তাবা, অমসুং ফোটো লৌবা মাগী মথৌ ওইখি। মখোয় অনি য়াম্না তোয়না উনৈদি হায়বু জেক্না লুহোংবগী বাদি অমুক্তা হায়রমদে।

জেকেলিন্না মসিদা ঙকমলই। জেক্না য়াম্না ঈকাই থিবা নিপা অমা ওইবরা নত্রগা মাগী মথৌ য়াম্না চিনবনরা? মশক উত্রবদি উনিংবন তেল্লি। হায়বা পাওরোদু মামা নিংশিংলমই। ময়মস্লিনা ১৯৫৩ গী মে থাদা মকুপ অমনা বার্ত্তান তৌরক্লুনা কুইন এলিজাবেথকী সিংহাসন কাবগী কুম্মৈ য়েংনবা লণ্ডন্দা চৎক্নে। মামা লণ্ডন্দগী মুংঙাইবা পাও অমসুং কজরবা ফোটো মাগী পাও-চেদা ফোংনবা থারকক্লমই অসুম্না টেলিগ্রাম তৌরমই—নংগী পাওসি ওন্থোক্লা মুংঙাইখ্রে—অদুবু নং অসিদা লৈতবনা য়াম্না মুংঙাইতে। জেকেলিনসু মাবু উননিংলমই মা থুনা হলক্লে। মামা লণ্ডন্দগী প্লেন্না লাকপদা পেসেঞ্জর খর বোস্তন্দা থনমন্নাবা পনবদা জেক্না মাবু ওপা লৈরম্বদুদা য়াম্না ঙকনা পোকখি।

জুনগী তাং ২৫ দা মখোয় অনি লুহোংবগী বাকমসি পাও-চেদা অমসুং মেগাজিন্দা কোংদোক্লে। শোক ১৯৫৩ গী সেপটেম্বরগী তাং ১২ দা মখোয় অসি য়াম্না চাউনা লুহোংখি। বোস্তনগী আর্কবিশোপ কুশিংনা লুহোংবগী থবক্তু পাংথোকখি। রোমদগী থাবকপা পোপগী পাওজেল অদু পাথোকখি। মী ১২০০ রোম তিনখি। অসুম তোনা মখোয় অনিগী লুহোংবা অসিদা অশোক অপন য়াওদনা মুংশিগী লানফমদা জয় ওইরে।

## পুন্সিগী লানফম।

জেক হৌজিক য়ুম পানবা নিপা অমা ওইরে। পুন্সিগী লানফমদা হায়বা ইনবী অথাঙ কনবী অমসুং নুংশিরবী মুপী অমগী মতেং য়াউবসি মীওইবগী খুদম্নি। রাজনীতিগী লানফমসিসু অরায়বা থবক মতেং মসিনা হকচাং ফনা লৈবদসু য়াম্না অপনবা পিবনি। জেক্না হৌজিক নুংশি লানফমদা জয় ওইরে। মাগী মুপিসি নহা ওইবী মশক মতৌ ফজবী ঈনাক খুনবী অমনি। জেক্না পুন্সিগী লানফমসি বানা থাংলমই। মাগী মায়াংলেন শরুগী বেরা অদু কলেজ ছাত্র ওইরিবৈদা হৌখিবনি, অদুগা পি, টি, ১০৯ গী খুদোংখিবদুদা অমুক্ত ফংহনখিদে। মাগী মিথনগী ভোট চংপুদা অমুক্না হেন্না শোকখি। অদুনা হৌজিক মা চৈশু য়াওদনা চংপা ঙমদ্রে।

অসিগুম্বা য়াংলেনগী বেরা অসি লৈনা লৈনা রাজনীতিগী থবক তৌবা ঙমলোই হায়বা খঙদুনা থাং থানবা ডাক্তরপা বা

ভামরমই। মতু য়াম্না লুবা থরক্নি হায়দুনা ডাক্তরনা য়াবমদে। করিদুম্বা থাং থাবদা শোয়খ্রবদি মহাক শিবা য়াই হায়না ডাক্তরনা খঙহল্লমই। মতুগী অরাবা পূম্নমক্তু, মাগী দায়ি ওইজগে হায়দুনা শোক ১৯৫৪ গী ওক্টোবর থাদা হৌরগা ১৯৫৫ গী ফেব্রুয়ারীদা লোইখি।

জেক্না য়াম্না রানা থা ৬ ফমুংদা লেনখি। অনিরক্নি ডাক্তরনা মাবু শিরনি হায়বনি। অরুবা থাং থাইরমদাই অমসুং য়াম্না কন্না নারবা কান্দা মখোয়গী ধর্ম্মগী মতুংইন্না লাই খুরুম্বা চৎনরমই। মতু জেক্কীদি অনিরক লাই খুরুমখি। অদুদগী মহাক অসুম অসুম থুনা করক্তুনা ফেব্রুয়ারীগী তাং ২৫ দা মহাক হোসপিটালদগী থোরকখিরমই। মাগী মুপীনা য়াম্না হরাওজখি মখোয় অসি পোথা-নবগীদমক ফ্লোরিডাদা প্লেন তোংদুনা পাইখি।

## চোকথবা অমসুং অতনবগা লানথেংনবা

অহোংবা য়াওদনা ফিবম অমত্তদা মতম কুইনা লৈবসি অরাবগী মশকনি। থা অমত্তং ফমুংদা হিপ্লদা মসিগী মগুণ খঙই। অহানবদা মুংঙাইরম্বা য়াই—মতুংদদি খিরকই। থা ৬ ফমুংদা লৈবা হায়রবসি য়াম্না অরাবা শবক্নি। চুমগী যুমদা লৈবদি খরসু কৈ—হোসপিটালগী ফমুংদা থা ৬ লৈবদি য়াম্না রানা খাঙগনি। জেক্না অহুমলক শিগে তৌরমবনি। অমুক্না পি, টি, ১০৯ কায়বদা, অনিরক্না হোসপিটালদা থাঙ থাবদা। জেক্না থৌনাগী অশেংবা অর্থ খঙখিলমই। থৌনা

কবা হায়রসি লান্দা থোৌনা ফববুত্তা নত্তে। নিপা মচা অমনা থোৌনা কনা চৈ কমা পায়রদুনা হিন থাবো অমা কত্ত্রগা হুই অমাওবা অমা মাইয়োক্নবা য়াই। লৌমগনমমা লায়না লাইথোকপা নত্ত্রগা পুকচৎপা-গুম্বদগী কনাগুম্বা অমবু কল্লাবা হোৎনবদা মুপী মচা অমনা থোৌনা কবা উৎপা য়াই। স্কুলগী অঙাং অমনা অতোপ্পা অঙাং অমবু অতোপ্পা অমমা ফুবিবদগী কর্মবিবদা থৌনা কবা উৎপা য়াই। ঐখোয়গী মরুপ মপাং নত্ত্রগা লৈকাইগী মাগী মিংচৎ থিবা শব্দোক-পদা থিংনবা হোৎনগদবনি। মসিবু থৌনা কবনি। অসুম তৌনা থৌনা কবা হায়বসি মরম কয়াদা উৎপা য়াই। সরোজিনি নাইডুনা ভারতকী মুপাশিংবু সমাজগী কান্নবা থবক তৌনদা লুচিংলমই। মসিবু থৌনা কবনি। মহাত্মা গান্ধিনা ব্রিটিসকী ফত্তবা আইনগী মাইয়োক্তা জেলদা কয়ারক চংদুনা থৌনা ফবা উৎখি। আব্রাহাম লিংকন্না নিগ্রোশিংগী মনিঙ মথা তম্নবা হোৎনবদা থৌনা কবা উৎখি।

জেক্না মাগী নশা থর কববা কান্দা লাইরিক অমা ইগে থনখি। রাজনীতিদা খোংদাবা মীশিংনা মীনা থিনা তৌবিবগী ঈকাইবা নংবদা অমসুং কম অচৌবা ওইরম্বদগী হন্থরকপগী ঈকাইবা নংবদা অরাবা থাংবসিসু থৌনা মথল অমনি। মসিগী মরমদা মানা লাইরিক অমা ইগে থনখি। আমেরিকাগী কাওরবা রাজনীতি হৈবা সাম হাষ্টন্, সিনেটর রোস অমসুং ডেনিয়েল ওয়েবস্তর নচিংবা মী নিপানগী মরমদা মানা লাইরিক অমা ইখি। অদুগী মমিং "প্রোফাইলজ ইন কারিজ" কৌই। মদু মাগী মুপী জেকেলিন্দা

কৎখোক্লমই। শোক ১৯৫৬দা ছাপা নমলগা স্পেনিষ, টার্কীস, জাপনিজ, আরবিক, ইন্দোনেশিয়ান, ভিয়েটনামিজ অমসুং টেলেগুদা হন্দোক্ললমই। মসি পৃথিবীদা খ্বা দগী য়াম্না শিৎপা লাইরিক ওইখি। পৃথিবীগী মী পুম্নমক্না আমেরিকাগী অফাওবা রাজনীতিগী মীওই কিপাল অদুগী থৌনাবু থাগৎলমই অমসুং মখোয়গী লমজিং মতুং ইল্লমই। শোক ১৯৫৭তা কেক্না লাইরিক অসিগী মনা ফংখি। লাইরিক ইবা মী অমসুং রাখল য়াম্না তৌবা মী অমা ওইনা ঈকাই খুম্নবা ফংজখি। মসিবু লাল জয় ওইবা মথল অমনি। সেক্সপিয়ারনা হায়খিবা লৈ--"মী খরনা অচৌবা ওইনা পোকই, মী খরনা হোৎনদুনা অচৌবা ওই। অদুগা মী খরনা নমদুনা অচৌবা ওইনবা হোংবৈ।" কেনেডি ঈনাক খুনবা অনা ওইনা পোক্লপনি। অদুগা ঈকাই খুম্ন-বদি হোৎনদুনা ফংজখি। মানা অচৌবা ওইনসি মতোমতা হোৎনদুনা ওইখিবনি মীগী মতেং য়াওদে। অরাবা কয়া থাওবা অমসুং খুদোং-থিবা কয়া নংবদা মতোমতা থাংজখিবা কিপানি। অসিগুম্বা অরাবগী লানথম কয়াদা মাগী কুপী চেকেলিন্না মনাক্তগী খক থাদোকচখিদে।

## V—পনথুংফম হোইরাইত হাউস।

কেক্না থা ৬ সিনেটর ওইবদা মানা ওন্নমথৈ অফবা থবক তৌরমই। মহাক হোজিকন্থ ময়াংগী শরু নাহুবা চৈশু পায়বনি। কালেনগী ছুটি অপাংবদা মাগী অনাবদু অমসুং থাং থাদুনা পুমক্ক-কমবা হোৎনগে খনজখি। শোক ১৯৫৫দা থাং থারে অমসুং মাগী হোৎনবা মহৈ য়ারে। মহাক হোজিক পুমক্ক-করে। তুংগী থবক্কী

মরমদা পোরম শিনবা তৌরে। মাগী পুন্সিগী পনথুংফমদি আমেরিকাগী প্রেসিডেন্টনি। অদুবু অহানবদা ভাইস-প্রেসিডেন্ট ওইগে খল্লমবনি।

জেক্লা হৌজিক মীনা য়াবা রাজনীতিগী মীওই অমা ওইরক্লে। অদুম্নদি ওইরগা রাজনীতিদা মাগী অকায়বা অমা লৈরমই। মহাক ধর্ম্মদা কেথলিক্নি। ইংলণ্ডদা আইনগী মতুং ইন্না প্রোটেস্তেন্টনা শিংথৌ মত্রগা মহারাণী ওইগদবনি। অদুবু আমেরিকাদদি প্রেসিডেন্ট ওইবদা অদুগুম্বা নিয়ম লৈতে। অদুম্নদি ওইরগা আমেরিকানা নিঙতম্ব লৈবাক অমা ওইরকপদগী ওসি ফাওবা ধর্ম্মদা প্রোটেস্তেন্ট ওইবাদনা প্রেসিডেন্ট ওইরকগনি।

## য়াম্না খঙবা মীদি অখাও কল্লি।

আমেরিকাগী প্রোটেস্তেন্ট শিংনা মখোয়গী ধর্ম্মদা মপুং ফানা থাজবদগী অমসুং ধর্ম্ম অতৈ অতৈগী মরমদা নিংথিনা খঙজিল্লুবদগী মখোয়না অসুম অখাও কনবগা লোইননা লৈরকই। মমৈথংদা আল স্মিথ কোবা প্রোটেস্তেন্ট অমা নিউ য়োর্কগী গোর্ভনর খুঃ ১৯২৮ দা থনখি। অদুবু প্রেসিডেন্টকী মীথন্দাদি মহাক কাখিদে। অদুবু চহি ৩০ গী মতুংদদি অয়াম্বা ষ্টেটশিংদা কেথলিক্না গোর্ভনর ওইখ্রে। মরম অসিনা জোহন এফ কেনেডিসু শোক ১৯৫৬ দা ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইবগী খুদোংচাবা ফংলমই। হৌজিক কেনেডিগী চহিগী মীসি ২২ শুরে। মসিগী মনুংদা অঙাং ৮ অমসুং অহল ১৪নি। মখোয় পুম্নমক জুন থাদা য়াম্না কন্না কেমপেইন তৌরে। অদুবু

ভাইস প্রেসিডেন্টগী ক্ষমগী দমক মাগী পার্টিগী নোমিনেশন্দা মতিক চাবা ভোট ফংবা ঙমখিদ্রে।

জেক্কী নোমিনেসন্দা শোয়বা অসিমা মাগী অতোপ্পা মওংদা কান্নবা ফংখি মাগী পুকচেল শেংবা অমসুং মরূপ মপাংগী ক্কিবমত ওইবা অসিদা মী পূম্নমক্না মাবু য়াম্নবে অমসুং থাজখরে। জেক্কা হৌজিক্কি ধর্ম্মনা থোক্কনা অকাইবা লৈত্রে হ যবসি মুম্না খঙজরে। ভোটর শিংনা মাবু পামলবসু খজিক্কুং নহ ওইমনবতুদা চিংনবা-ওইরম্বদা ঙাইরে।

## কেথলিক অমনা প্রেসিডেণ্ট ওইবদা ফগদ্রা ?

শোক ১৯৫৮ দা জকপু অমুক হন্না সিনেটকী মেম্বর থনখি। মাগী ভোটরশিংনা হৌজিক্কি জেক্ক প্রেসিডেন্ট ওইবগী তানজা লাক্লে হায়নরে গৌজিক অমুক মাগী ধর্ম্মগী ৱাফমসি গোক্লবক্লে। আমেরিকাগী মী শয়াম্ব ধর্ম্মদ প্রোটেস্তেন্টান মখোয়না খল্লি— মহুদি—মরম থুদিংদ কেথলিকশিংনা পোপকী ৱা লোই হায়না মসিনা রাজনীতিদসু অকায়বা লৈ হায়না খন্নরে। তোইগুম্বসুং মাস অচুম্বাদ নত্তে। কেনেডিনা মাগী অশেংবা কিবমবু মীয়ামদা শেংদোক্লবা কন্না হোৎনজখি।

কম্রিগুম্বা লৈবাক্কী অচৌবা মী ওইবদা ৱাশক লোই অমগ্ন ৱাশক অদু ঙাক্লা চৎলি। জেক্কা নৌভিগী অফিসার ওইবদা অমগ্ন সিনেটর ওইবদা ৱাশক লৌখি। মানা ৱাশক্কু ঙাক্লা থবক তৌখি: অদু ওইরবদি প্রেসিডেন্ট ওইরবসু ৱাশক ঙাকলোইদবগী মরা

লৈতে হায়রজখি। মানা কেথলিক অমা ওইনা কংগ্রেসমেন অমসুং সিনেটর ওইখি। অদুনদি কেথলিক অম ওইনা প্রেসিডেন্ট ওইবদা থোইনা অকায়বা লৈতে হায়র্বনি। বাসি তাবদা ময়াম্না হরাওনা থৃবাক খুই। মানা মখা তানা অমুক হায়রক্কে মদুদি—থবক খুদিংদা কেথলিকশিংনা পোপকী য়াথং লৌই হায়না থনবসি অরানবনি। ধর্ম্মগা রাজনীতিগা তোপ্তান তোপ্তানবা পোংনি হায়রক্কে। ছাত্রশিংমা কেনেডিগী বাসি চুনই হায়নখি। পোপকী শক্তিগী মরমদা লম্না লোবাস য়াম্না অরাবনি হায়না মীয়ামদা শন্দোকচখি।

## প্রেসিডেন্টকী নোমিনেসন ফংখ্রে।

তশেংবদি জেক্না মীথলদা জয় ওইবসি মতম চানা থবক পূম্নমক হোংনবদগীনি। অদুবু হন্দক্তি খরা লুনা থোক্কদোরি। শোক ১৯৬০ দা ডিমোক্রেট পাটিগী প্রেসিডেন্টগী নোমিনেসন জেক্না ফংলমই। জেক হায়রজবদগী লীন্দন জোহনসনবু ভাইস প্রেসিডেন্টগী নোমিনেসন পীখিবনি। রিপব্লিকান পাটিগী নোমিনেসন্না নিকসন্না প্রেসিডেন্টকী অমসুং হেনরি কেবোটনা ভাইস-প্রেসিডেন্টকীনি। তৌজিক কেণ্ডিডেট ৪ মক কন্না থবক হৌখ্রে। সিনেটর অমা ওইবগীদি জেক্না সহর ৩৫১ চংলগা য়ারমই, অদুগা প্রেসিডেন্ট ওইবগীদি আমেরিকা শিনথুংনা চংপা তাখি। জেক্না অরোনবা খুৎলাই অমা শিজিন্নে। মাগী লাম্বা নিকসনবু টেলিভিজনদা মরৈ য়েংনসি হায়দুনা শিংলৈ। মসিনা মাগী য়াম্না মতেং ওইখি। আমেরিকান কোটি ৭০ মা মরৈ য়েংনবদু য়েংখি অমসুং তাখি। অসিগী

মমাঙদস্তু পাও চেদা মাগী ফোটো উবদা অঙাং ওইমল্লি হ'য়নখি। অদুবু টেলিভিজনগী মরৈ অসি উবদগী মাগী মগুন খাইনা খঙমরে। মী খুদিংমক মাগী মীচংদা লৈখরে। পৃথিবীগী জাতী পুম্নমক্কী ওইবা থাক্কমদা জেক্কী কৈশিংবা উবদা ময়াম্না মাবু থাজনখি। পাও-চেগী ইডিটর শিংনস্তু জেক্কী মীচংদা লৈখি।

## মমৈথংদা জয়।

শোক ১৯৬০ গী নেভেম্বরগী তাং ৮ দা মীখল তৌরমই। ভোট মশিং থিব' তৌরকপদা মী পুম্নমক মীপাইনরে। অহান-বদা জেক্কা চেল্লে। খর লৈরগা খংত' তাই। মী পুম্নমক রেডিওদা অমস্তুং টেলিভিজনদা ফমদুনা নোংয়াই ফাওবা লৈনরমই। নিক্সনগা কেনেডিগা তান্নবসি য়াম্না নক্না তান্নরক্কনি। অস্রক য়াম্না কন্না তান্নবসি চহি ১০০ গী মনুংদা অমুক্তা পোকখিদ্রে। মতুংগী নুমিৎকী অয়ুক্তা পুং ১০ তাবদা নিক্সনা মখুৎশিনরে হায়না লায়খোক্লে। জোহন ফিৎজরোড কেনেডিবু ইউ, এস, এগী প্রেসিডেন্ট খনখ্রে।

চহি অমা বাংলিভৈদা আমেরিকাগী মী পুম্নমক্কা জেক্কা মীখন্দা জয় ওইনি হায়বসি থাজনখিবনি। মহাক্কী অরাংপা হায়নবু চহি মহা খরা ওইবা (চহি ৪৩) অমস্তুং কেথলিক ওইবা অসিনি। কেথলিক অমত্তা প্রেসিডেন্ট ওইখিদ্রে। গোর্ভনর অমস্তুং ভাইস প্রেসিডেন্ট ওইবগী বুদ্ধিস্তু লৈরমদ্রে। মহাক্তি সিনেটর ওইনদনি। মরমসিদগী মী অতৈনা মাবু মতম খরা ভাইপো হায়জখি। অদুবু মানা য়ারমদে— অরোইবগী পনথুংফম য়োনবা হোৎনবসি মাগী অয়েপ্পনি। মানা নিংবা

মতুং ইন্না জয় ওখি। সিনেট বিল্ডিংদগী ওয়াইট হাউস য়ৌবদা মাইল অমা ফাদে অমসুং মিনিট ১০ দা লাইনা য়ৌই। অদুবু জেক্রা ওয়াইট হাউস য়ৌবদা থা ১৮ চংই অমসুং মাইল ৪২০০০ গী লম চৎপা তারমই।

শোক ১৯৬১ গী জানুয়ারী তাং ১০ দা কেনেডিনা স্টেট ৫০ না শাবা আমেরিকান ইউনিয়ন্দা লৈবা মী কোটি ১৮০ গী লুচিংবা ওইনবা খাংক লৌখি। মাগী অঙকপা কংবা খাঙাং তাবদা পৃথিবীগী পুম্বা ওক্রমই অমসুং পৃথিবীগী জাতি পুম্নমক্কী নুংঙাই য়াইফনবা অমসুং লান তৌদনা ইংনা লৈনবা হোৎনবদা মতেং পাংবিয়ু হায়না মী পুম্নমক্কা য়হাজখি। অসিগুম্বা খাংক লৌবগী নুমিৎ অসিদা পি, টি, বোট ১০৯ না মাগী তিংহৌবা মী খরদু পূদুনা চৎপদু ময়ামদা উৎলমই। মী পুম্নমক্না হরাওনা ইরাং লাংখি। মদু উবদা জেক্রা শোক ১৯৪৩ গী নিংথোকাবা নুমিৎকী থৌদোক্কু নিংশিং-দুনা হাইক্নেৎ নোকচাখি। পি, টি, বোট কায়নদা কেনেডিবু খাংনা হুনগংলুরগা তোংনা থাদরকপদা মনা শিবা হায়বদু অসি ওইরেকো হায়না খনজখি। অদুবু ওসিদি মানা ইউ, এস, এ, গী প্রেসিডেন্ট ওইবা হায়বদু অসি ওইরেকো হায়না মপুক্কিংদা খনজখি।

## VI কেনেডিগী ইমুং।

“থবক ওমদবা” হায়বা খাঁই কেনেডি ইমুংদা খঙদে। মখোয়গী খাখন্দি—থবকপু ফজনা তৌরবদি মখোয়না ওইনিংবদা ওইহনবা য়াই হায়সান। মখোয়না থবক তৌবদি কাঙবু ওইনা তৌই অমসুং

মদুগী মকৈদি অহুকপা ফংই। মখোয়না থবক তৌবা খুদিংদা চাউনা চাউনা তৌই। কেনেডিনা ইউ, এস, এ, সিনেটর ওইনবা তোংনবদা য়ামদ্রবদা মী ১৫০০ গী সহি চংই। অদুবু মখোয়না মী ২৬২,৫২৪ গী সহি খোমলমই। মসি কেনেডি ইমুংগী থবক মতৌনি। মরম খুদিংদা মখোয়না চাউনা তৌবা পামই।

কেনেডিগী ইমুংসি ঈনাক খুনবদা লুপা কোটি কোটিগী মপুনি। অদুবু মখোয়না য়াম্না পিক্না হৌগৎলমই। মখোয়গী মপু পোকপা মপুখো অদু শোক ৮৫০ দা আইলণ্ডদগী লাক্লমই। মানা বোস্তন্দা থবক অমা ফংদুনা তৌখি। মাগী মচা পেত্রিক কেনেডি অসি জেকী মপুনি। জেকী মপু পেত্রিক কেনেডি অসি মাসেচুসেটস সিনেটর ওইরমই। মাগী মপা জোসেফ পি কেনেডিনা হার্ভার্ডকী গ্রেজুয়েট অমা ওইরমই অমসুং য়াম্না ঈনাকখুনবা কারবার তৌবা মী অমা সুনি। রাজনীতি থবকসু য়ওদুনা মমেদা ব্রিটেন্দা ইউ, এস, এ, গী এমবেসেডর ওইনা লৈরনি রাজনীতিদা মমিং চৎলবা অমসুং বোস্তনগী লৈরিবা মেয়র জোহন এফ ফিটজরোলডগী মচা মুপী লৌখিবনি।

## অওাং মাপন্ পোক্লমই।

জোর্ড =শোক ১৯১৫ দা পোকই, শোক ১৯৪৪ দা জর্মনগী ভিটুরোকেট বোম শাক্মদা বোম থাদবা চৎপদা শাংখি।

জেক =শোক ১৯১৭ গী মেগী তাং ২৯ দা পোকই।

রোজমেরী=খ্বাইদগী ঈকাই থিবী মুপানি। অপঙবা অঙাং তম্বিনবা স্কুল অমদা থবক তৌরমই।

কেথলিন্ =ইংলিসগীকী অচৌবা নিপা অমদা ময়ুম পাল্লমই অমসুং শোক ১৯৪৮ দা ফ্রান্সদা চংপদা এইরোপ্লেন কায়দুনা শিখি।

য়ুনিস =সমাজগী থবক্তা মথবাই য়াম্না য়াওবনি। পুলিস কেসতা লৈব পুপী মচাশিংগী মতেং পাংলমই। জেলদগী থোরকপদা পুপী মচাশিংগী থবক পিরমই।

পেত্রিশিয়া=রেডিও অমসুং টেলিভিজনগী থবক তৌরমই। ব্রিটিস-ফিলম এক্টর অমগা লুহোংলমই।

রোবর্ট =মতিক চাবা আইন খঙবা মীনি মাবু ইউ, এস, এটর্নি জেনেরেল হাপমলই।

জীন্ =কাডর জে মক কেলরবু পৃথিবী কাওরবা খ্রিস্তফর মুভমেন্ততা মতেং পাংলমই।

এডবার্ড =সিনেটরনি। ব ভাঙনা য়াম্না কৈ। মতম অমদা ইউ, এস, এ প্রেসিডেন্ট ওইরবা য়াই হায়নৈ।

কেনেডিগী ইমুংগী মী পুম্নমক মতিক চানা মহৈ হৈবঙাক্লনি। মপানা মতিক চানা শেল লৈরে। মখোয়না অমুক চানিঙাই থক্লিঙাইগী ৱানিঙাই লৈত্রে। পুন্সিদা মখোয়না অপাম্বা থবক তৌবা য়ারে।

মখোয়বু কদৌঙৈদম্ব পৈশা পৈশিল্লু হায়দুনা তাক্লমদে। করম্বা পৈশা শিজিন্নগদগে হায়বসিনা মরুনি। মরম চাবদা পৈশা, মতম

পাঙ্গল, অমসুং বুদ্ধি শিজিন্নগদবনি। মখোয়গী মপানা মখোয়বু মন্নক খুদিংদা থবক তৌবদা খ্বাইদগী ফজন চাউনা তৌগদবনি তালকমই। খোংবান তৌবা ফাওবদা খ্বাইদগী চাউবা খোংবান তৌগনি হায়রমই। মখোয়না থবক তৌবদা অপুনবা অমা ওইনা তৌই—তোঙান তোঙান তৌদে। কদোংৈদসু মখোয়না খংলদে। পূকচেল তিন্নবা থবক তৌমিন্নে। ইমুংগী মীমখৈ পুকচেল তিন্নন থবক তৌবসি মপা-মপুদগী ইমুংতুগী হৌনবী ওইরক্লবনি।

## ইমুংগী খ্বাশক।

হৌজিক কালগী অঙাং চহি ২০ গী মথংনা চুকপ থকপা অমসুং যু থকপাসি য়াম্না চংনরে। কেনেডিগী ইমুংগী চহি ২১ শুদ্রিফাওবা চুরুপ থক্রবা অমসুং যু থক্রদা হায়না খ্বাশকনখি। মখোয় পূম্নমক খ্বশক অদু চাকলমই মসিন মখোয়বু মরম খুদিংদা ফহল্লি। খ্বাইগী অহল জোর্ডন ময়ামগী খুদম ওইনা থবক তৌরমই।

লাল মনুংদা নোংমা লণ্ডন্দ কেথলিন্ন মপাদা য়াম্না ইংলে — যু থজিক্তুং থক্লরদি ফগনি হায়জরমই। মতু তাবদা মপানা নোক্লমই অমসুং যুগী মহুত্তা, শামতুগী মোজা ফুরাং অমগ লিংলবদি হকচাং শাগংক্লকনি হায়খি প টি পঙদে অন পঙদে মখোয়না কদোংৈদসু খ্বাশক থুগায়রমদে।

## ফিদমনিঙাই ওইবা মপা মমা।

মখোয়গী মমা য়োর্ডজ হায়রসি জোহন ফিংজরোলড বোষ্টনগী মেয়রগী মচানুপীনি। মহাক ইউরোপ্তা মহৈ তমলমই. মানা

নিংথিনা ফ্রেন্স অমসুং জর্মন লোনবা ভুমলমই। ধর্ম্ম অমসুং ডিসি-প্লিন্না মী ওইবগী পুন্সিদা য়াম্না কান্নবা থবক তৌই। মসি ১প চানা মহাক্না খংলমই। ক্ষেক মশামক ধর্ম্মগী য়্যখল লৈবা মীনি। মমানা মখোয়বু কন্না বাশকখি। হায়বা ইন্দবা কান্দা থুবাক্না ফাওবা থাবমই। প্রেসিডেন্ট কেনেডিনা চাউথোক্না ইত্তৎতগুনা তায়রমই —মতুদি মখোয় মচিন মনাও য়ামলংগু মখোয়না মমাদু ফিদমনিঙাই ওইব মমানি।

মাগী মপাস্ত য়াম্না ফিদমনিংডাই ওইবা নিপানি। মহাক য়াম্না চাউবা কান্নবার তৌবা অমসুং রাজনীতিগী মীওই অমনি মহাক্না াগী থবক্তা মতৌ চিল্লবস্ত মচাশিংবু য়েংশিনবদি তোক্লমদে। মানা বাপ্পদা লৈরবস্ত চিঠিন মখোয়বু পাওতাক হেক হেক পিরমই। ানা কৈদৌইদস্ত মচাশিংবু কেথোকতল্লমদে। লাইরবা মপা মমানা চাশিংদা পোকেট খরচ পিবতুগা চপ মান্নবা মতাকস্ত মচাশিংদা দখি। শেলনা মচাশিংবু মাংহনবসি মতাক্না পামলমদে। মরম দিংদা মরম চুম্না শেল শিজিন্নবসি মতাক্না য়াম্ন পামজে অমসুং ানা নচাশিংদা মসি কন্না তম্বিখি।

## নুংঙাইনা লৈবা কাংবু।

কেনেডিগী মপা মমানা মখোয়গী চাউথংপা উনদা হয়াওজখি। াইদোক হেনদোকপদি মখোয় মচিন মনাওশিংন পুকচেল তিন্নবা মস্তা ওইন থবক তৌবদ অমুক্তা চঞ্জ হয়াংবরই অক্যাওবা

ইতিহাস লেংবা জেইমজ এম্ মামজনা নোংমা হায়খি--মদুদি কেনেডি মচিন মনাওশিং অসি অমগা অমগা মরৈ তৌনৈ—অদুবু—চাবদদি মখোয় পুন্নপ চানিন্নে। মখোয়গুম্না পূকচেল তিন্নবা লৈবা মচিন মনাও এখোয় লৈবাক অসিদা য়াম্না তাংই।

ইমুং খুদিংমক্তা মাগী মাগী ফত্তবা ঈকাইমিংজাই ওইবা রা খরদি লৈবনি। কেনেডিগী ইমুংদা অসিগুম্বা অমত্ত লৈতে। মখোয় মচিন মনাও মাপনমক অমত্তা ওন্না থবক তৌমিন্নে। মখোয় অন্নানবা তৌদনবা কন্না তম্খিখি মখোয়না কলেজদস্থ নিংশিন্না জমলমই অমস্থং লাল চংলবস্থ নিংশিনা লাল শোকনখি। মখোয়না তৌরুবা থবক খুদিংথরাই চকচা য়াওন তৌবড়াক্তনি।

মখোয়না কদোইদস্থ যু ড়াওরমদে, কদোইদস্থ জুবার শাম্নরমদে। মাগী মাগী মথৌ তৌদা অস্নক্কী মতিক চিন্নমই মদুগী কন্নিগুম্বা ফত্তবা রাখল তৌবগী মতম ফংলবদে মী খরনা ঈশ্বরগী সেবা তৌবদা অমস্থং তাইবং মী পুম্নমক্কী ফনবা তৌবদা মপুং ফানা থাজরমই। মখোয়গী মথৌ পাংথোকপদা কদোইদস্থ মখোয়না নিংতম্নরমদে।

## শিরে—দুবু মাইথিবদি ফংখিদে।

শোক ১৯৬৩গী জানুয়ারিগী তাং ১০দা অয়ুক্তা ইউ, এস এ, গী ৩৫শুবা প্রেসিডেন্ট ওইনবা কেনেডিনা হরাও হরাওনা থোরকই। থোদোক অদুদা মানা রা ড়াঙলবা মতুংদা পেরেং তৌবা য়েংলমই। মুমিৎ অদুদগী চৌনা লৈবাক্কী দায়ি অপুম্বা মঙোন্দা লৈরবনি। মানা থুমা মাগী মতেং পাংনবা কেবিনে

শেমলমই। থবক খুদিংমক থুমা তৌবসি মাগী পুন্সিগী অপাম্বনি। মাগী পুন্সিসি বাকৈ তত্তুমদনা শমজিনবা য়াই—অদুক্তদি—চৎলু—চৎলু—চৎলু। মানা থুনা চৎনিংবদা অপনবা লাকপা হৌরক্লমই। মানা থা অহুম ফাবাৎত্রিবৈদা খুদোংথিবা নংবা হৌরক্লে। কুবাগী মীচেল কন্নবগীদমক অমসুং কমুৎনিজম থিংনবগীদমক থবক পাইখৎপা তারমই। অদুবু শোক ১৯৬১ গী এপ্রিল তাং ১৭ কী লান্দাবদু পুম-শোয় শোইখি।

কেনেডিনা য়াম্না মথৱাই ৱাজখি। বন্দি লিশিং লিশিং কৈবদুগী মতেং পাংবা তারমই। লান্দাবদুদা আমেরিকাগী এরোপ্লেন শিজিন্ন-রমদে। মসি আমেরিকাগী পোলিসিনি। অশোয়বা পুম্নমক মাগী দায়িত্বনি হায়নরক্লে। খোদোক অসিদগী মখোয়না য়াম্না তমনিঙাই লৈ হায়খি।

## নিঙতম্বা ঙাক্লবগী লানফম্।

রুশিয়াগী প্রেমিয়ার খ্রুসেভনা আমেরিকাগী অশোয়বদা খুদোংচাবা লৌরমই মানা নোংচুপ বার্লিনসি লৌশিনবা পামলমই। অসিদা আমেরিকানা থিংলবদি লাল তৌগনি হায়রকখি। মরম অসিদগী কেনেডিনা খ্রুসেভকা ভিনাদা ৱা ঙাংনখি। অদুবু ৱা লপ্নবদি ঙমখিদ্রে। আমেরিকানসু নোংচুপ বার্লিনগী নীঙতম্বা ঙাক-নংক্লমলই। মরম অসিনা জুলাইগী তাং ১৫ দ টেলিভিজনদা কনেডিনা জাতি পুম্নমক্তা পাওজেল থারমই মদুদি—আমেরিকানা নোংচুপ বর্লিন কন্নবগীদমক লান তৌগনি। খ্রুসেভনা নোংচুপ

বর্দিমদি পামই অদুবু—লাম্দি তৌনিংদে। মরম অসিনা মহাক্না মোংপোক বলিনগী মীনা নোংচুপ বার্লিন্দ েস্থোকখিবা ওয়রদনবা অরাংবা নৈপম অমা থোনখি।

চহি ২ নৈরবা মতুংদা কেনেডিনা নোংচুপ বর্লিন য়েংলমই অমসুং মানা মানা অরাংবা নৈপন অদু উরমই মীওতম্বা মী অমনা চাউথোক্না হায়বা য়াবসি "ঐ বর্লিনগী মী অমনি হায়বসিনি।" মানা মখা তানা হায়রমই মতুদি পুন্সিগী তুংগী ফিরে সি কমুং নিজম্না লেপকনি হায়রব কাওবুদু বর্লিন্দা লাকপনা চুমই। শোক ১৯৬২ দা খ্রুসেভসু নমদুন ক্যুবাদা নৈনবা নিউক্লিয়র রগী অয়োনবা খুৎলাইশিংদু লোৎথোকহনখি পৃথিবীগী মী পুম্নমক ওক্লখি। মসিদগী পৃথিবীগী অওকপা লানজাও অমা থোকপা য়ারবনি। অদুবু লাইবক ফবদগী খ্রুসেভনা ওক্টৈবরগী তাং ২৯ দা খৎলাই লোৎথোক্লে য়াখিবনি। প্রেসিডেন্ট কেনেডিনা খ্রুসেভপু থাগৎলমই অমসুং মসিনা পৃথিবীগী শান্তি পুরকপনি হায়জখি। শোক ১৯৬১ দা ক্যুবাদগী লান্থোং শিনবদ খর শোয়রবসু শোক ১৯৬২ দা জয় ওইবাসিনা তুংগী লম্বীদা কান্নবা ফংখি। নিউক্লিয়ার খুৎলাই চাং য়েংবা থিংনবা ১৯৬৩ দা সহি তৌনখিবদু কেনেডিগী খ্বাইদগী থাগৎনিংঙাই ওইবা থবক্নি।

## গণতন্ত্র ঙাকপদা

গণতন্ত্রগী মাইয়োক্তা খর শোয়রবসু অকায়বা লাকপা খুদিং কেনেডিনা আমেরিকাগী লাম্না থাবসি মাগী মথৌনি। ভারত

চিনামা লান্দন কান্দা আমেরিকাগী মতেংদু কয়া মমল য়ামগ্রবা! মতম পূম্নমক্তা চিননা মরুপ শার্শিন্নবগা খঙহৌদনা লাল তাম্নকখিবনি। মতৌ অসুম্না ইউরোপ্তা অমস্তুং খা ভিয়েটনামদা আমেরিকানা মতেং পাংলমই।

তৌইগুম্বস্তুং জাতি অমগা জাতি অমগা য়েংথিনবগী নুংঙাইনদবসি কোকতনবসি মানা ওমদ্রে। মানা মীখলগী কেমপেইন্দা বা ঙাঙবদা নিগ্রোশিংগী খুদোংচাবা পিগনি হায়খি মদু মানা ঙাকপা ওম্নবা কন্না হোৎনখি। মিসিসিপি অমস্তুং আলবামাগী গোভর্নরনা নিগ্রোশিংবু য়ুনিভর্সিটিদা মীংচনবা য়াওল্লমদে। মসিগী মরমদা সুপ্রিম কোর্টনা মখোয়বু মিং চনহনগদবনি হায়না হুকুম পিখ্রবনি। আমেরিকানশিংনা আইনবু পামদবা উংপাদি য়াই, অদুবু আইন্না হায়বদা খোঙ্উইদবাদি য়াদে হায়দুনা মখোয়দা কেনেডিনা তকৎলমই। চহি ১০০ গী মতুংদ ফাওবা আব্রাহাম লিংকন্না হায়রম্বা বাদু পাংথোকপা ওমদ্রে। মানা নিগ্রোশিংবু মীনায় ওইবদগী মপুং ফাবা নিঙতম্বা ফংদ্রে। নিগ্রো জাতিশিংবুস্ত মনিংমথা তম্বা পিদ্রিবমথে আমেরিকানশিংনা অশেংবা নিঙতম্বা ফংবা য়াবোই।

মরমসিনা মমা নিগ্রো ২০,০০০,০০০ বু মতৈতম্বদা, লংকৈ চৎপদা, অমস্তুং ভোট থাদবদা নিঙ তম্বা পিনবগীদমক ইউ, এস, কংগ্রেসতা সিভিল রাইটস বিল থাংগৎলমই। মসিনা মাগী তুংগী মীখলদা য়াম্না অকায়বা লৈ হায়বসি মান মুন্না খঙলম্লবনি অদুবু মানা আব্রাহাম লিংকনগী খুদম ইনবা পামলমই অমস্তুং অচুম্বা তৌবদা মাগী তুংগী অকায়ববু মানা কনিস্ত থোশাবমদে।

## ইতিহাসতা কেনেডিগী থুবম।

ইতিহাসতা করম্ব থাক্ত কেনেডিগী মমিং লৈরম্বগে হায়বসি মতমগী খোংচৎতনা হায়বা ঙমগনি। মানা চহি ৪ ফাওবা শুনা লৈরমদ্রে। মানা প্রেসিডেন্ট ওইবসি থা ৩৪ গা মুমিৎ মিনিদনি। অদুবু তেল্লবা মতম অসিদা মানা মী পুম্নকপু অসুক্কী মতিক মুংশিহল্লমই, মচুদি মাগী শিবগী পা৭ তাবদা পৃথিবী পুম্বা অম্বাবা ফোংদোক্লমই। মাগী শোক ১৯৬১ গী ক্যুবাগী অশোয়বদু কাওথোক্ল-রমই। অমসুং শোক ১৯৬২ গী ক্যুবাদগী থুংলাই লৌথোকহনখিদবদু নিংশিংনরমই। নিউক্লিয়ার থুংলাই চাং য়েংবা শিংনবা মানা হোৎনখিবদু মীপুম্নমক্না কাওনরমদে। থোক্দোক হেনদোকনা মানা নিগ্রোশিংগী হোৎনবদু মী পুম্নমক্না থাগৎনরিবনি চহি ১০০০ গী মমাংদা আব্রাহাম লিংকন্ন নিগ্রোশিংবু মীনায় থাদোকপিরমই। হৌজিক কেনেডিনা মখোয়বু চপ চাবা নিঙ তম্বা পিনিংলমই অমসুং অঙোবা কাংবুগা খেনন্না থমনিংলমদে। আব্রাহম লিংকনগী মতৌ-শুম্না মহাক্না অসুক ঙন্ন ময়ামগী কান্নবগীদমক মথৱাই থাখিবসি মাগী নিগ্রোগী মরমদা শর থুনা থবক পায়খৎপদগীনি হায়নৈ।

ইতিহাস লেংবা মীশিংগী মোত করিনো? খরনা মাবু নহা ওইনা থ্বাইগী থবক ফবা প্রেসিডেন্টনি হায়বসি য়াখি। খরনা মাগী মরম থুদিংদা মরুপ মপাং ওইবগী মওংদা থবক তৌবা থোইদোক হেনদোক্না খুৎসেম্ভতা ফাওবা মরুপ ওইনা রা চৌদোকপা, অপিকপা জাতিবু গণতন্ত্র ঙাকপদা তেংবাংবা অমসুং লাইরবা কোকনবা হোৎ-নবা থবক্তা হেন্না মিংয়েং চিংশিল্লমন আমেরিকাগী প্রেসিডেন্টনি।

মহাক্না মপা মামা ওইনা অমসুং মপুরোইবা অমা ওইনা মাগী অঙাংশিংগী অমসুং মাগী মুপীগী মরমদসু য়াম্না য়েংশিল্লমই। মামা মাগী মরেবাক, মুপী অমসুং অঙাংশিংগী মুংশিবগী থুদম য়াম্না লৈ। মচামুপী কেয়রালাইনসু চহি অহুম শুরকপদা ঈরোইবা তম্বিরমই। কেরোলাইন অমসুং জোহন জোহনবু ওয়াইট হাউসকী আফিসতা লৈমিন্নরমই। মাগী অফাওবা লাইরিক "ওয়াই ইংলণ্ড স্লেপ্ত" (Why England Slept হায়বদু মমা-মপাদা কৎথোক্লমই। "প্রোফাইলজ ইন করেজ" ( Profiles in Courage ) হায়বড়না মাগী মুপীগী মিংদা কৎথোক্লমই মান পৃথিবীগী শান্তি পুরক্কবগীদমক্তা কম্যুনিসকী লুচিংবশিংবু চিংনবা মিৎয়েংনা য়েংবসি তোক্কব হোৎনরবনি। মান প্রেসিডেন্ট ওইবদা খ্রুশেভনা হয়াওবা ফোংদোকপা চে থারকই। মতুগী পাওমখু পিনদ মাগী ষ্টেট ডিপার্টমেণ্টনা য়ানিংজমদে অতুম ওইনমক কেনেডিনা পাওথুম থাখি।

## থবক য়াঙবা অঙাং।

মী খুদিংবু পেলহনবা ঙমদে হায়নসি মানা মুন্না খঙলমই। অতুম ওইনমক য়ারিবমথৈ মী পূম্নমক পু.পন্নবা কেনেডি হোৎরমই। মিটিং কয়া কয়া য়াওরমগ অমসুং মী কাঙবু কাঙবু কয়া উনরমই। মানা নোংমদা পাও-চে ১০ পাই অমসুং চয়োন্দা মেগাজিন ৬ পারমই। মানা লাইরিক থুনা পাবা তম্নবা ক্লাসতা য়াওরমই। মিনিট অমদা বাহৈ ১২০০ পাবা ঙমই। মসি মী অতৈনা পাবগী শরুক ১০ থুনা পারিবনি। মরম খুদিংদা মানা থুনা তৌবা পামজখি। অসিমক নৎলমদ্রবদি মাগী অতেনবা পুন্সি অসি চহি ৪৬ দা অমুক

য়াম্না থবক তৌবা ঙমলমলোইদবনি। চয়োল অদা, ছাত্রদগী, নপা নুপীদগী, লাইব্রেরিক লেংবা মীদগী, সিফাইদগী, কারবার তৌবা মীওইদগী অমসুং স্কুল ওজাদগী চিঠি ১৭০০০ মান ফংলমই মসি প্রেসিডেন্ট আইজন হাউরারগী চিঠি মশিংগী শরুক অনিনি। কেনেডিবু অসুক য়াম্না মীনা নুংশিবসি করি অমুক হায়গনি মতুদি মাগী মচা নুপী কেরোলাইন ফাওবা চয়োন্দা চিঠি ৪০০ ফংলমই

## মাগী পৃথিবীদা অরোয়বা চয়োল

জেক্লা মতম পূর্ণমক্তা থবক লাংজোনবা তৌবগী মপাম্না প্রেসিডেন্ট ওইখিদনি। মতুংগী চহি ৪ অমগী মীথমদসু মাল কানিংলম্বনি। অদুবু নিগ্রোশিংগী সিভিল রাইটকা মতাংদ শাওনব থব য়াওবদগী মাগী কেমপেইনদা খরা অকায়বা লৈরমই। অতুম ওইনমক ফ্লোরিদা অমসুং টেক্সাজগী মীদি মতোন্দ ভোট পিনাব তোংনরমই কেনেডিনা ফজনা বা ভাউতুনা ফ্লোরিডাগী কারবার তৌবা মীওই পুম্বা ফাখি। অদুগী তুংদা ওয়াশিংটন্দা চৎতুনা সুপ্রিম কোর্টকী জজশিংবু চাক কৌরে। মতুংগী নুমিংতা মানা জেকেলিনগা লোইননা টেক্সাজগীদমক যাত্রা তৌখি।

মখোয়না কোয়রকপগী হৌগৎলকপদ য়াম্না ঙকপা অমা থেংনখি। মী থুদিংনা মখোয়বু শাওগদ্রা অমসুং নুংঙাইরোইদ্র হায়না খল্লমবনি। থা অমগী মমাংদা মাগী মহুৎশিনবা নিপা অমনা কেমপেইন চৎপদা মাবু মীনা য়াম্না শাওখি অমসুং মতিন ফাওবা শিৎচিল্লমই। মাসনা কেনেডিগী য়াম্না ফংলোতদ্রা হায়না নুংশা থিনখি। অদুবু

অঙকপদি কেনেডিনা লাকপা কান্দা মী পূম্নমক্না হয়াও হয়াও ওকলমই অমসুং মরুপ মপাং ওইবগী ভাব উৎলচখি জেক্না অৱাবা খৱা কোক্লে অমসুং জেকলিনগা লোইননা টেক্সাজ তাম্না চৎখ্রে।

শোক ১৯৬৩ গী নভেম্বরগী তাং ২২ দা কেনেডিনা মানা লৈবা হোটেলগী মপান্দা মী ময়ামগা ৱারি শারদুনা মখোঙনা চৎলমই। জেকেলিন্না মাগী থৌরাং লোইদুনা মমুংদা লৈগৌরি। মাবু ঙাইবা ওইনা কেনেডিনা ময়ামগা ফাগি তৌনদুনা নোকমিন্নৈ। অদুদগী মাশ চৎলগা ডালাসতা প্লেন্ন চৎকদৌরিবনি। মানা ডালাসতা ৱারোনশি ঙাংগদবা অরোইবা ৱাহৈশিংদু প্লেন মনুংদা লোইশিল্লমই। ৱাহৈশিংদু মখাগী অসিনি :—

“ঐখোয়না লৈবাক অসিদা অমসুং মরোল অসিগী মনুংদা পৃথিবীগী নিঙতম্ব ঙাক্লবগী মিকুপ মাহুন য়েংদুনা লৈবসি ঐখোয়গী ঈরাইবক্তা তমলবানে। মরম অসিনা মতিক চাবা শক্তি অমসুং দায়িত্বৌকম থোকই। ঐখোয়না ঐখোয়গী পাঙ্গল অদু বুদ্ধি অমসুং অখাংকনবগা লোয়ননা শিজিন্নগদবনি। ঐখোয়না চৌজিক্ত নত্তবা মতম পূম্নমক্তা থাইনদগী “পৃথিবীদা শান্তি পুরকপা অমসুং তাইবং মী খুদিংগী ফনাবা হোৎনবা” হায়বা ৱাখলদু চেনগদবনি. মসিনা ঐখোয়গী পনথুংকনি। ঐখোয়না তৌগে খল্লবদি থবক অদুগী অচুম্বা অতুমক্তনা ঐখোয়গী পাঙ্গলস্থ কনখৎহল্লি।”

## মাগী অরোইবা কার তৌৎবা।

ডালাস প্লেনতাফমদা প্রেসিডেন্টপু টেক্সাজগী প্রজানা হয়াও হয়াওনা ওকখি। জেকেলিন্দা আতর গোলাপ অঙাংবগী লৈ

অচোম অমা পিরমই অয়ুক্কী পুং ১২-৫০ মিনিট তাবদা ডলাস তম্না হবাগাড়ি তোংদুনা চৎলমই। মীয়াম্না লম্বী থুংনা লেংলমই অমসুং হবাওনা মখুৎ হায়রমই। কেনেডিসু মখুৎ হায়রমই। টেক্সাসকী প্রজাশিংনা অসুক লুনা তৌরম্বসিদা মামা ঙকলমই। মকম অসিদা মাবু য়াম্না শাওনরে. চোকশিল্লু হায়দুনা মডোন্দা হায়রবা খঙহনখ্রবনি।

প্রেসিডেন্টকী গাড়িদু তপ্না তপ্না থোরমই। নোংমৈ মরু চংদবা গাড়িগী মথক কুপ্পতু লোথোকই হায়ইমই। মামা অতাংবদা গাড়িদগী প্রজাশিংবু য়েংনিংলমই। মমাংদৈদা মহাক মরিরক শিগদ-বদগী শম্নাদা লিংখি। মহাক শিবা খক কিদে। মহাক্কা প্রজাশিংবু নুংশিরজনা অমসু' মখোয়গী সবা তৌবদা মথবাই থাবদি মাগী মাই-পাকপনি হায়না মাগী অরেপ্প ৱাখল্ল। তৌইগুম্বসুং হৌজিক শিবগী মরমদা ফজনা ৱাখল তৌবগী মতম নত্তে। নংলবা নুমিৎকী মঙাম্না প্রজাশিংগী নোকমি নোকমি তৌবা মাইথোংদা য়েরমই। মমাংগী ফমফমদ টেক্সাজগী গোর্ভনরনা মাগী নুপীগা লোইননা ফমলমই অমসুং তুংগী ফমফমদনা প্রেসিডেন্টকা জেকলিনগা ফমলমই।

পুং ১২-৩০ তাবা কান্দা লম্বা অহুম কাংবা অমদা য়োরকলবদা গোর্ভনরগী নুপীনা কেনেডিদা ডালাসকী মীনা মাবু নুংশিদে হায়বসি য়ারোহ হায়না হায়জখি। মদু তাবদা নোংমৈ কাপ্পা মখোল অমা তাখি। মখুৎ হায়রবা লেপখরে অমসুং মথমাওদা কম্না পায়শিল্লমই। মশাদু ওইরোমদা পৈথরমই। মিসিজ কেনেডিনা নত্তে নত্তে হায়দুনা লাওরমই অমসুং মাগী পাম্বোম্না মপুরোইবগী

মকোক্তা কোনশিনজখি। গোভর্নর কোনালিনা করি তৌরবগো য়েংগে হায়দুনা লৈথোরকলমই। নোংমৈ অনিরকা কাপরকখি। মোংমৈগুলি গোভর্নরগী মানঙ্গম ফাওদুনা চৎখি। মানা লৈথোকলম্বা দুনা মথরাই হিংহৌবনি, নত্রবদি মকোক্তা পাল্ল গদবনি। জেকলিনগী তমপাক্তা প্রেসিডেন্টগী মকোক অদু ভাথদুনা লৈরমই অমসুং তমপাক্তা ঈনা পুমভাং ভাংখি।

ড্রাইভর অদুনা পুংদা মাইল ৮০ গী চাংদা থৌদুনা খ্বাইদগী নকপা হোসপিটালদা থমই তুংদা ভাইস প্রেসিডেন্ট জোহনসন অমসুং অরোনবা থবক তৌবা কাংবুনা ইল্লমই। মিনিট ৫ গী তুংদা জেক্রা থাং থাকমগী টেবিলদা চিপললমই। ডাক্তর অমসুং থাং থাবগী ডাক্তর মাপল্লা প্রেসিদেন্টকী মথরাই কল্লবা কল্লা চোৎলমি। পুং ১২-৪৫ তাবদা কেথলিক পুরোহিত অনিথক কাদুদা চংখি। অরোনবা ওইনা জেক্র অমাবদা পিবা ঈশ্বরগী থৌজাল শিরমদাইগী লাইশোল শেল্লক্লে। পুং ১ তাব কান্দ প্রেসিডেন্ট জোহন ফিৎজরোলড কেনেডি শিরে হায়না লাওথোক্লে। হৌজিক্তি ভাইস প্রেসিডেন্টনা মাগী মফমদ চংবা তারমই। সুংখিলগী পুং ২-৩৮ তাব কান্দা আমেরিকাগী অনোবা প্রেসিডেন্ট অমা হাপলে। লিন্ডন বি জোহনসন্না মথুং ওইনা বাইবলদা থাংগৎতুনা মথাগী অসুম্না বাশক লৌরমইঃ -

ঐনা অকনবা বাশক লৌরি—মদুদি ঐনা ইউনাইটেড ষ্টেটসকী থবক অসি পাংথোকপদা ভমমথৈ চোৎনগনি, অমসুং ইউনাইটেড ষ্টেটসকী সংবিধান অসি কায়দনা থম্বদা অমসুং মদু

ডাকশেনবদা ভুম্বমথৈ হোৎনজগনি। মসিদা ঈশ্বরনা ঐবু ইত্তেং পাংবিবা ওইসনু।

## পৃথিবী শিনথুংনা অৱাবা ফোংদোকপা।

অসিগুম্বা অৱাবগী পাও অসি পৃথিবী শিনথুংনা থুমা শন্দোকলে অমসুং জাতি পুম্নমক্না মদু থুক লাওবগা লোইননা থাক্নমদে। ইমানগী মচার নীগুম্বী অমসুং টাঙ্গানিকাগী প্রেসিডেন্টগুম্ব কনাগুম্বনা ঈকাইবা লৈতনা কপলমই। নোংচুপ বর্লিনগী মেয়রনা অৱাবা থাজবা ভুমদনা লাওরমই। মেয়রনা ছাত্র ২৫০০০দা অমুম্না হায়রমই ঃ—"ঐখোয় বর্লিন্দা লৈবা মীনা ভসি নুংদাং অসিদা হান্নদগী লাইরশিল্লে। ঐখোয় পুম্নমক্না ঐখোয়গী থাউদগী ফবা মরুপ কায়নরে।" কানাডাগী প্রাইম মিনিস্তরনা অসিগুম্বা মতমদা মহাকগুম্না নিপা অম লৈতবসি পৃথিবীগী য়াম্না অমাঙবনি হায়খি। ভারতকী প্রাইম মিনিস্টর নেহেরুনা কেনেডিনা লৈখিদবসি পৃথিবীগী য়াম্না অৱাবনি হায়খি। লিবেরিয়াগী প্রেসিডেন্টনা পৃথিবী পুম্বগী মরুপ মপাংগী মিৎকী পিদনা অৱাবগী তেংগোৎতু থল্লে হায়রমই। ইজরেলগী ডেভিড বেনগুরিয়ননি "করিগী? করিগী?" হায়বা নত্তনা অতৈ করিমতা তৌখিদ্রে।

পোপ পাল VIনা রোমদা লাইশংদা ঈশ্বরদা খুরুমজখি। ইটালিদা য়ু থকপা কাংবুনা ফাওবা মখোয়গী য়ু থমদুনা ঈশ্বরনা থোনা ফবা নিপাডুবু কনবিবা ভসনু হয়জরমই। হায়রিবা লাইশোন অসি জেকেলিম্নসু ডালাস্তকী হোসপিটালদা শোনখি।

কেমেডিনা শিবগী পুং : গী মমাংদা নহেন্দা ডালাসকী প্রজানা পিবা লৈ-মাচোমজু ঈ-মুক ভাংই। হৌজিক জেকলিনগী মকী মরোন অমসুং মশা অদু হায়রিবা লৈ অসিগী মচু মানবা ঈ-দনা পুমভাং ভাংখ্রে। পৃথিবী শিনথুংনা শরিক খিংখ্রে অমসুং ফীরাল তংখাই চিংখৎখ্রে। চার্চিলনা ঐখোয়গী অচৌবা, অশিংবা, অমসুং রাজনীতি হৈবা নিপা মাডখ্রে হায়না হায়জখি।

ইউনাইটেড নেসন্সগী মেম্বর খুদিংনা বা ভাঙদন ভুমিল্লা লেপখি অমসুং মখোয়না মপুন্সি চুপ্পা কেনেডি লৈতবগী অৱাবসি কাওররোই হায়নখি।

## পৃথিবীবু ভালহনবা মৈরি।

প্রেসিডেন্টকী অসিবা মশাদু ওয়াশিংটন্দা পুরকলমই। নোং-মাইজিং নুমিত্তা ওয়াই হাউসতগী ফুমফমদা মী ময়াম প্রোসেসন চৎলমই। নোংমাইজিংগী নুংথিলদগীনা নিংথৌকাবগী অয়ুক কাওবা মথল মথলগী ওইনা নিপাল নিপাল পরেং লেংদুনা মাইল ৫ শাংনা প্রোসেসস চৎলমই মী মশিংদু ২৫০,০০০ রোম শুগনি। তিল্লিবা মীয়াম অদদা খোংতেক মীৎতাং চিৎথদনা য়াওরমই। অহিং অথেংবা ফাওবা অঈংবা থাডদুনা মখোয়গী অৱোয়বা ঈকাই-খুম্নবা উৎকে হায়দুনা মী ময়াম পৈদুনালৈখি।

মতুংগী নুমিত্তা নিংথৌ ১৯ গী মহারাণী ১৯ অমসুং জাতি ১২গী অচৌবা মীওই ২০০ রোম্না প্রোসেসন চৎপা য়াওখি। অদুদগী আরলিংটন সিমেত্রি তান্না অশিবা হাপ্পা উপুদু পুদুনা চৎলমই।

কেন্নোলিন্না মপি তৈথোকলমই। জোহন-জোহন্না মপামী অশিন্না মশা অদুদা সলাম তৌজখি। মোংকম মথক্তা স্টেট ৫০ গী মতুং-শিনবা ফাইটর প্লেন ৫০ পাইরমই। কুশিংনা পোৎলোইবগী লাইশোন শোল্লমই। সলামী নোংমৈ ২১ রক কাপলমই অমসুং বেংগুন খোংবনা লস্ত পোস্ত খোংলমই। মী পুম্নমক্কী থম্মোয় কায়খি অশিবা মশা হাপ্পা কু অমদু ইউনাইটেড স্টেকী ফিরালনা খুপই অমসুং মদু লৌথোক্লগা জেকলিন্দা পীখি। জেকলিন্না মদু থম্মোয়দা চেৎনা কোল্লমই অমসুং মৈরা অমা পায়দুনা মোংকমগী ময়াদা অশংবা মৈ অমা থামখি। অদুদগী কেনেডিগী ইমুংপুম্বা হল্লকখি। আমেরিকাগী ৩৫ শুবা প্রেসিডেন্ট জোহন ফিৎজলোড কেনেডিগী পোৎলোইবা লোইশিনখি।

চিক্লবা আরলিংটসগী মোংকমদা অশংবা মৈরিনা চাক্কুনা লৈহৌরি অমসুং হায়রিবা মৈরা অসি জেক্কা মাগী প্রেসিডেন্ট ওইবগী যা ভাংবদা অসুম্না পনখ্রবনি :—

"পৃথিবীগী ইতিহাসতা মীরোল খরতবু য়াম্না অন্নাবা তাব্রবা কান্দা নিঙতম্বা ভাক্লবগী থবকসি পিরমই। ঐনা দায়ি অসিদগী থক হন্দোকপা তোরোই ঐনা মসি চয়াগুনা লেগিগনি। ঐখোয় কনামত্ত্ব অত্তোপ্পা মীদা থবক অসি শিন্নমিংগনি হায়বা থাজদে। ঐখোয়মা থবক অসি তৌবদা চংলিবা পাঙ্গল, থাজবা অমসুং অপাম্বা অসিনা ঐখোয়গী লৈবাকপু অমসুং পৃথিবী মঙাল পীগনি।"

মতৌ অসুম্না শিরবা কাগুবদা মাইথিবা চংদবা নিপা অসিগী অঙকপগী বারিসি লোইশিনখি।

## থৌনা হায়বসি শকলোন নৈ।

প্রেসিসেডেন্ট কেনেডি লৈতবদা পৃথিবীগী পুম্বা অৱাবগী মাঙ-থুম্না থুমখি হায়বসি ঐখোয়না খঙলে। মহাকপু পৃথিবীগী জাতি অপুম্বা থাগৎনৱিবসি করিগীনো? মাগী লান্দা থৌনা কবগীৱা? মত্রগা গণতন্ত্র চংপা লৈবাকশিংগী মৱক্তা খ্বাইদগী চাউখৎপা অমসুং খ্বাইদগী ঈনাকখুনবা প্রেসিডেন্ট ওইবগীৱা? অসিদগী হেনকম থোকই। মাগী অঙকপা থৌনা থাগৎপা য়াবা লমচৎ অমসুং অনৌবা পৃথিবী অমা শেম্বগী মিৎয়েং অসি পূন্নমক অসিদগী ওইবা য়াই।

হায়ৱবা অনৌবা জগৎ অমা শেম্বগী মিৎয়েং অসিদগী অমেরিকানা নোংথক জয় তৌবগী লমজেন্দা অস্তুম অস্তুম অস্তুম চংশিল্লকই শোক ১৯৬২ গী জুলাইগী তাং ১০ দা নোংথকী অহাঙবা লম অসি থিজিনব খুদোং চানাব নোর্থ এটলান্টিককী মথক্তা মাইল ৩০০ ৱাংনা অপাইবা উপগ্রহ অমা থনমই। আমেরিকাগী রোকেট থাগৎ-ফমসি হায়ৱবা কেইপ কানাভেরল লৌরম্বনি। অদুবু প্রেসিডেন্ট কেনেডিগী মমিং লৌদুনা কেইপ কেনেডি থোনখ্রে। মসি প্রেসিডেন্ট জোহনসনগী খ্বাইদগী চাউবা কেনেডিবু ঈকাইখুম্নবা উৎপনি। মৱমসিনা আমেরিকানশিংনা থা য়োৱা ওন্নবদি কেইপ কেনেডিদগী তৌরগা য়োগদোৱিবনি অসিগুম্বা মাগী অনৌবা ৱাখল অসিদগী চাউখৎপগী লম্বিদা অৱাবা খোংগাং থাংলিবা লৈবাকশিংবু শেন্না, চিঙ্কাক্তা, পাঙ্গলনা অমসুং মহৈশিং তম্বিবগী খুৎলাইনা মতেং পাংলমই। মতুগী খুদম আমেরিকাগী পিস কোর্জ ( Peace Corps ) অসিনি।

কেনেডিনা মাগী পুন্সি তংখাই অমা মশা ফজবগী অৱাবা নংলগনি। অদুবু মানা নোংমতা অৱাবা ফোংদোকখিদে। মানা মাগী অৱাৎপা ফিবমদু কৱিস্থু লৈতনা খনদোখি। মীখন্দা জয় ওইবগি কৱিগুবা অমোৎপা উপাই অমগা শিজনৱমদে। কনাগুম্বা অমদা পৈশা পিজৰুদে অমস্তুং অথিবা ৱাহে হায়ৰুদে। মহাক য়াম্না পৈশা লৈবা মীনি অদুবু শক্তি পায়নবা হোৎনবদা কৱিগুম্বদস্থু লাম্না পৈশা শিজিন্নখিদে। মানা প্রেসিডেন্ট ওইৱৰদস্থ মাগী শক্তিদু অৱানবা মওংদা শিজিন্নৱমদে। মাগী মশাগী লমচৎ অদুনা অমুক হেন্না থাগৎনিংঙাইনি। মীবু ঙাকপিবগী অকবসি মানা মুন্না খঙলমই। মানা কনা অমতবু য়েংথিবা তৌখিদে। মাগী লাম্বা ওইৱম্বা মীওই ফাওববু মানা থবক অচোবা পিৱমই। লাইৱিক লেংবা কয়ানা মাবু মাগী ফজবা লাইৱিক মা-ডগীদমক থাগৎলমই। ময়াম মমাংদা ৱা ঙাংবদা মানা ফজনা ঙাংবা ঙনলমই মানা কদৌডেদস্থু অমোৎপা ৱাহৈনা ফাগি তৌৱমদে। মানা মাগী মপাদা চহি ১১ শুদ্রিফাওবা য়ু থক্লোই চুৰূপ থক্লোই হায়না ৱাশকপদু নিংথিনা ঙাকখি।

কেনেডিনা শিখিবগী ৱাফমসি কনাস্থু খঙনদে। মসি অঙকপা অমা ওইনা থোকই। কনানা অমস্তুং কৱিগী মাবু হাৎখ্রিবনো হায়বা কনাস্থু খঙনদে। অদুগা মানা কৱিগীদমদ শিখিবগে হায়বদুদি ত্রখোয়না খঙই। মহাকস্থু প্রেসিডেন্ট লিংকোন অমস্তুং মহাত্ম গান্ধিগুম্বা নিপা অমনি। মখোয় অহুমসি মী লিশিং লিশিংনা নুংশিবা মীওইঙাক্কনি। মাখোয়বু য়াদবা মী খজিক্কনি। মখোয়না মীয়ামগী কম্নাবা, অচুম্বা ঙাক্নব, অমস্তুং মী পুম্নমকপু চপ মান্ননা য়েংবা য়ানাবা হোৎনবদা

থবাই থাখিবনি। অসিগুম্বা অচৌবা মীওইশিংগী পুন্সিনা মী অতৈবুস্থু অকনবা পুন্সি লেন্নবা ইনশিল্লি। লৌনাফানা অকনবা থবক তৌদুনা ঈরৈবাক্তাদমক থবাই থাগদবনি হায়বসি মখোয়গী পুন্সিদগী পুন্সি হায়বসি মতোন্দগী লোনা ডাক্তনা নুংঙাইবা নত্তে মাতোন্দা পিথোকপদসু নুংঙাইনা লৈবান।

থাংগৈশেংনা অচৌবা ওইগে তায়রবদি মীবু খুনা ডাকপিবা অমসুং পুক্লিংদা য়েংথিনা থমদনা অসিনি। ঐখোয়না পুকচেল চাউগে হায়রবদি অকনবা রাগম থনগদবনি, ব্যবহার ফজগদবনি, বা ভাবেদা ফজগদবনি অমসুং থবক তৌথোরকপদা পুকচেল শেংগদবনি। অদুম তৌনা ঐখোয়না অকৌবা লৈতনা থোনা ফবা নিপা অসবু ঈকাইখুম্নগদবনি। কেনেডিগী লৌরনা মরেংবাদা পৃথিবীগী তফ-কড় পুন্নমক লৈরমই। মাগী মতৌগুম্বা ঐখোয়না অমগা অমগা য়েংথিনরোইদবনি অমসুং অকিবা লৈরোইদবনি। ঈশ্বরবু থাজগদবনি অমসুং তাইবংমীবু নুংশিগদবনি। মতম পুন্নমক্তা নুংশিনা অমসুং অফবা অশা শন্দোক্কদবনি। মতম পুন্নমক্তা নকা ওইদুনতা লৈবা, তরু তরু লৈবা, মী পুন্নমক্কী মরুপ ওইবা, ডাকপিহৈববা, ঈশ্বরগী থবক্তা থবাই তকচাং কংথোকপা অমসুং তাইবংমীবু নুংশিবা অসিগুম্বা নিপা অসিবু নিংশিংনবগীদমক অহিংবা নিংশিং মুত্তী অমা শাগদবনি। তশেংবনক থোনা হায়বসিগী শকলোন লৈবা তারবদি মদু প্রেসিডেন্ট জোহন ফিংজেরোল্ড কেনেডিগী থৌনানি। মরমদি শিরবা কাওবদা মহাক্না মাইথিবা লৈখিদে।